


**ঐগী ঈদা**

মখূমগী লাই য়েকপীরকখিবা

প্রোফেস্সর থোইদীংজম তোম্বী সিংহ

★ মপূ ওইবগী হক পূন্নমক যোদ্ধ ছী সনসমগীনি

অহানবা ফোঙবা ২০০৭

**যোবিওন এন্তরপ্রাইজেস**

শিল্লোং ব্রাঞ্চ

**শিল্লোং দাইগনোস্তিক ছেন্তর**

মতফ্রান শিল্লোং

**যোবিতন ইমেজিং ক্লিনিক**

বিমস রোদ, ইম্ফাল

**মমল** লুপা

মাগী পুন্সীনা মযায চল্লকপদা
মমীৎ উখিদ্রবসু মচা মশৃশিংবু তাইবঙ
মশক মুন্না থঙহৌনবা নূপা থোক্লা
তাকপী তম্বিবম্বা ঐথোযবু পোকপীবম্বা
ঈপা সনসম ঁতোমালদা

### তৌবিমলগীদমক থাগৎচবা

লাইরিক অসি নম্বদা কোয়চেন চেনবীদুনা শীল লাঙবীখিবা অমসুং অরান অহূঈ চুমথোক চুমশিন্নচিংবদা তুংহন্নবা য়াওদনা য়ান্নমক মতেঙ পীবীখিবা অমসুং ঐবু নুংশিবিবা ঈনাও অনী থৌনাওজাম নন্দকিশ্বর সিংহ অমসুং নূরুদ্দিন শাহগী মফমদা থম্মোয় শেংনা তৌবিমল খঙবা উৎচরি অমদি হন্না হন্না থাগৎচরি।

অতেনবা মতম খরদংগী মনূংদা মখূমগী লাই অসি য়েকপীয়ু হায়জরুবদা হরাও হরাও য়াবিরকখিবা ওজা প্রোঃ থোইদীংজম তোম্বী সিংহবুসু হন্না হন্না থাগৎচরি।

---

### যোদ্ধ ছী সনসমগী হান্না ফোঙখ্রবা লাইরিকশিং

- থাবলগী কুন্দো পরেং (ৱারী মচা খোমজীনবা) ১৯৮০
- অকন্নবা শাফূগী ইরৈ (উপন্যাস) ১৯৮১
- কোয়মাঙ মাঙবা খোঞ্জেল ইহুল (শৈরেং লাইরিক) ২০০২
- লৈচীল নোংফাই (শৈরেং লাইরিক) ২০০৪

মথঙ পুথোক্লক্কদৌরবা লাইরিক

দি এন এ (উপন্যাস)

## লৈখল লৈথেল

লৈখল লৈথেল



ঐগী ঈদা

# হৌরকফম

য়েলহৌঙৈদা মালেমগী অহীংবা নঙনা
ওল্লক্লিঙৈদা তাইবঙ মী ওইনা
ওইরম্বনি থৱায়দি পাল্লবা
মীৎনা উবদি ঙমদবা
য়েত্তৃম মতোন্দগী হেন্না পীকপমখৈ
থৱায় পানবরা পান্দবরা খঙদ'মখৈ।
চাউখৎলকখিবনি তপ্না
ঈশীং মরীক্লৌনা
ঈশীং মচুম অমুক মান
ঙাচক মচা অমুক মান
ঙা মচা অমুক মান
লিন অমুক মান।
খরা অমনা
কাখৎলক্লুনা কংফালদা
তীন মচা অমুক ওন
খরা অমনা
অচৌবা শা অমুক ওন
খরা অমনা
পাইখিদুনা অতিয়াদা
উচেক অমুক ওন
পঙওন্দ-ওল্লক্লুনা অসুম্না
ওল্লকখি খরা অমনা
মী মানবা য়োং ওইনা;
কাইনথংদা ওল্লকখি

## হৌরকফম

অহিংবা অথোঈবা তাইবঙ মী।
হে তাইবঙ মী, নঙসুনি
চপ মান্নে হৌরকফমদি
পীবৃক্লুংদা অপোকপীগী
অহানবা মরূ হুনবা মতমদা নঙগী
কৃপ্লম্বনি নঙসু য়েক্তৃম মতোন্দগী হেন্না
ঙল্লমদবনি উবা মীংনা
মাল্লম্বনি নঙসু ঈশীং মরীক্তৌনা
তাউরম্বনি ঈশীংদা মচুম ওইনা।
থা মাপল খরা হেন্না
পীবৃক্লুংদা ওন থোইনা
অতেনবা লিন অমুক মান
অঙাঙ চাবী অমুক মান
উচী মচা অমুক মান
য়োং মচা অমুক মান
থোক্লকখিবনি মমৈথঙদা
মপান্দা, তাইবঙপান্দা
লাইজ ঈফৃৎ-ঈরমগা শাগোন্ননা
মীওঈবগী অঙাঙ নৰা ওইনা;
লৌরমই নঙনা নঙ ওইরকপদা শক্তম
মথোয় থূদীংগী থুংনা অমমম।
হৌজিক্তি লৈরে চাউনা খেন্নবদি
অদুবু তারি তওনা নঙঙোন্দা মথোয়গী মমিদি।

গাংতোক
জুন ১৩, ২০০৫

# নঙবু থিবা

নঙবু থিবা লাকপনি
খঙলকপগুম তৌরি তপ্না তপ্না
শূকঙম ঙম্লরোই নঙসে ঐগী ওইবা
উরম্বনি মহৌশাদি হেক হেক ঈমাঙদা নক্লা
ঙসীদি উবদি লায়রদনা
চিংনরক্লে ফাওররোই নঙগী শামিনফাওবা ঐঙোন্দা
লেপ্লদুনা নঙনা মতমদুদা ঈনাক্তা
য়েংলক্ল'ফাওবদা নোকমি নোকমি
খনখি ঐনা মতীক চাদ্রি ঐ
নঙগী তাইবঙদা লৈরক্লোই ঈফম অমা ঐগী
লাক্লবনি ঙসী মতীক চারে খল্লদুনা
কদায় নঙদি, থিবা ফংলরোইদরা পুন্সীসিদা?
হিংলক্লি ঐ, তুবমক্তি তুরোই নীংজদুনা,
লেপত্রি চৎপা, খুদি থীরবসু হঞ্জিন হঞ্জিন
লৈরম্লবসু ঈশ্বর হায়বা অমা
থৌওইবিরক্তে ঐবু কয়া মানা
তম্লমদ্রে থৌজাল হায়বদুসু ঐগী লাইবক্তা
পোক্লরবসু মীওঈবা কয়া পূকচেল চাউবা।
চোত্তুনত লৈরবসু থম্মোয়সে পিরাংনা
ফংজরক্ত্রবসু অমুক্তা নীংবা থুংবা
শক্তম লাংখি ঐনা
ঙমদুনা লাক্লি চীনবান্দদি নোক্তুনত লৈবা
নোকহল্লগে থম্মোয়নসু ঙসীদি
কোকউ য়াদ্রবসু মায়থোঙদগী খোয়শাওনবগী মমি।

**নঙবু থিবা**

চিংনদ্রে ঐ হোজিক থোইদোকপা
ঙমদ্রসনু নঙসে ঐগী ওইবা
ফংদ্রসনু নশক্তো উবফাওবা
খল্লরোই অমুক নঙগা ৱারী শাগে হায়বফাওবা
তল্লগে অসুন্না অসুম হিংবা
লেঙলরোই অমুক মসিদগী ঐনা হৌজিক লেপ্লিবা
নঙবু করম্না নীংজরগা নঙনা নুংশিবিবা
য়েংবদি য়েংখিগে নঙনা শক্লোন তল্লকপা
তাইবঙ কনা কনানো নঙনা নুংশিবিবা লাইবক ফবা
হংলকপদা কনাগুম্বনা খঙনীংবা
ঙল্লরোই অশেংবা নচৎ-শক্লোন তাকপা
ঙমদে অশিমত্তংগীদংদি নুংনাংদবা।

**শিল্লোং**
জুলায় ৩, ২০০৪

# লৈঙ্গনা থংচীল্লবা

চিংবীরমই মখোয়না লৈঙ্গ অমা
হায়বীরমই অচম্বা লৈঙ্গ নত্তে
'হেন্দোক্কনু নঙ মফম অসিদগী'
লৌখি মমলসু য়াম্না ৱাংনা
লৈঙ্গদু চিংবীরম্বগীদমক
মখোঙনা থোংনা লাক্কুনা।

লাকখি অমুক
অতোম্পা মখোয়সু মথঙ মথঙ
চিংবীরমই মখোয়সু লৈঙ্গ মাগী মাগী
অমহাগী অমহানি হান্নগীদুগা
মমল ৱাংনা লৌবদসু
লৈঙ্গদুগী মতীক মগুণ ৱাংহনবদসু।

লৈঙ্গ চিংবা, মমল লৌবা
করিগী অসুক পান্নরক্লি ঈরৈচাশিং ?
তৌনিংদ'মাল্লে মশা মশাগী ঈমুংগীদি খজিক্তসু
শন শেনবমক্ত ওইরবসু
পামজ'মাল্লে শাজৈ পায়দুনা হোইববুদি
ঈরৈচা মশেলবু শনগী শঙ্গু শঙ্গুগুম শেল্লদুনা।

ঙায়শীল্লক্লে হৌজিক্তি
লৈঙ্গগী লৈঙ্গ ঙাক্তা
শোল্লম্বগুম্বদি তৌখিবনি
মখোয় লোইনমক্তা
লৈঙ্গ চিংলিবা, মমল লৌরিবা

ফংননবগীদমক্তনি নীংতম্বা।
শজীব্ চৈরাওবা, ঈঙা নোংজ্, পোয়ন্ লৌরোক,
মেরা-হীয়াঙ্গেগী লৈচীল নোংফাঈ, নীংঙোল চাক্কৌবা
মাঙখরে মতীক, য়াওখিদরে নুংঙাইবা, চেনখিদরে নুংশিবা।
অহল্লমন, ওজা-গুরু, লৈকায় কোক্লেন
য়েংলি অকোয়বসে শোল্লি-মাল্লি
মমীৎশিংদি তরু তরু পাঙলদুনা।

লৈরক্ত্রু'মাল্লে
অতৈ শিন অমা পাঙনীংঙাই
লৈঈ চিংশিনবা নত্তনা
ঈরমদমগী ঈচীল-ঈনাওশিং;
লৈঈশিংনা, য়াৎপীরম্বা নীংতম্লনবা,
ওনখরে য়োৎহ্লীং কোলৌ ঙম্লমক;
থমজিনখরে লোইনমক
ফাজীন্দুনা, ওইহন্দুনা কৈশূমশঙগী ফাদোক।

শিল্লোং

সেপ্তেম্বর ১৭, ২০০৬

# ঐগী ঈদা

ঐমা নঙগী নশক্তি
য়াওখ্রবনি ঐগী ঈদা।

বরাক, নম্বুল, ইম্ফাল,
ঈরীল, থৌবাল,
মখোয়গী খোঙনূংদা চেল্লিবা ঈচেল,
অমত্তনি
ঐগী ঈ মরীলদা
চেল্লিবা ঈগা।

নঙগী কৌব্রু চীং, নোংমাইজীং,
থাংজিং চীং, খোংজোম চীং,
নোংপোক হারমদা শিরোই চীংজাউ,
নোংচুপ্তনা ওইনাল্লোং চীংশাং,
চিথখিবা নঙগী ইচুম
নীংথী তুরেলদা ঈরমশিংনা,
নতম্বাক্কী লোক্তাক,
খারোমগী লোকচাউ,
খঞ্জে ঐনা
অতোঙ-অকূৎনি
ঈফূৎ-ঈতীন্নি
ঐগী থম্মোয়নুংগী,
ঐগী হকচাঙগী।

ঊনশাদফাওবা নঙগী
নংহন্নীংদে অশোক অপন

অদুগা করিগী ঐনা
ফোয়দৎলুনি নঙগী নশম
শীক্তৎলুনি নঙগী খোয়দৌ?

চেল্লমগনি খন
নঙবু নুংশিবগী মক্তুবা ঈচেল,
শিরোইগী লূরবা চীংজুম লাইজগুম,
মখোয়গী ঈ মরীলদসু;
খল্লুই ঐনা
নুংশিরমগনি নচা খূদীংমক্লা
নঙবু মমানি নীং।

অদুগুম্বা ঈবু ঐনা
করিগী তাহল্লুনি ঈখেঙ ওইনা?

শিল্লোং
সেপ্তেম্বর ১৮, ২০০৬

# ঈগী পৃথ্রী মচা

পীরক্লে য়াথঙ অতিয়ানা
হঞ্জিন হঞ্জিন অরূম্বা খোঞ্জেলদা
কুইনা কুইনা ঙংলদুনা
হৈথরক্লে লাইজ মালেমথক্তা
কম্পা নত্তে, পিবাংনি নুংঙাইবগী
চামথোকচবনি মোৎলম্বা মশা ঈথেঙগী।

মীৎয়েঙ তাম্ফমদা উবিবা
চীংখোঙগী খুঙ্গংলোমদা
নাপী অমোনবনা কূপ্লবা
লমপাক্তু ফাওদুনা ময়ায়দা
অমুক ৱাংখৎ অমুক নেমথ
শাংনা চঙখ্রিবা লম্বীথক্তা
চঙখ্রি মমা মচানা
ছাতিন অমা তৃপমীন্নরদুনা।

নুমিদাংৱাইরম মতমদুদা
নৌনা শংলৈনবক্লিবা উনালক্তা
চেম্বরি নোংলীক্লা লেম্পা লৈতনা
কৌনরক্লি লমগী চেক্লাশিংনা
উশাথক্তা চোইনা চোইনা তোংলদুনা,
'কুমদম্বা নোংজু লাকপসিদা
তেকখৎলক্লগনি শিগংনরুরবা মালেমসে,
নঙসু নয়ুম পাংলক্লবরা
য়েংঙু ফজদরা মহৌশাসে?'

লৈরক্তা তুংহৌবা ঈগী পৃথ্রী মচাদো

**ঈগী পুম্নী মচা**

চামথোকখ্রগনি নোংগী ঈশীংনা
চেম্বখ্রগনি খোংবান-লূক্লাঙদা
য়ৌখিনবা তুরেলদা
পুথখিনবা সমুদ্রদা।
য়াওখিবনি উহৌবা খরদি
শোন্নরকখিগনি নাশোন পীক্লা
থিন্নরকখিগনি থূদোম্বী
খুমজিনবা ঙল্লোই তুমিন্না
ওইরকখিগনি লৈবাক্কী ৱাথোক
নাম্থোকপা ঙল্লোই অচুম্বগী চৈরাক।

**গাংতোক**
মার্চ ১২, ২০০৬

# লোইনা মাঙখ্রবদা

চৎখিনবা লাকপনি
উনদনবা উনরুবনি
লাপথোকখিনবা নকশীন্নরুবনি
কায়ননবা নুংশিনরুবনি
নঙনা মরু হুনবনি
নঙনা মরু লোকপনি।

নোংঙানবদগী
নুমিৎ তাবফাওবা
মীৎকৃপ খূদীংগী
ঐগী থম্মোয়দা মোংলখিবা
মাবু নুংশিজবগী
মাবু পাম্মুজবগী
মঙলান কয়ানি
ৱাখলনা লাম লামদুনা য়েকখিবা
য়ৌমিন্নরগনি খঞ্জখিবা
পম্বুং অমা শোয়দনা
কোমথোক্লকখি তপ্না তপ্না ঐগী খূদাপ্তগী
নাম্বোকপা হৌরকখি থৌদোকশিংনা ঈনাক্তগী
মাঙখিগদৌরে চিংন চিংননা
মাঙখি মানা তপ্না তপ্না।
মমীত্তা, ঈমীত্তা ঈরা চেম্থনদুনা
কায়নখি চিংনা চিংনা তরক তরক
অমনা অমবু য়েংনদুনা।

ঐগী ঈমা নুংশিবী

## লোইনা মাঙপ্রবদা

ঐগী ঈ, লু, তাং,
ঐগী শদোঙ, হকচাঙবু তাইবঙদা পুথোকপিরকখিবী
চৎখি ঈখৃত্তগী মুনখিবদৌনা
যমরাজগী দূতনা
খৃৎশীন্নখি মাগী থৱায
ঐনা ঈখৃৎ তিংথোক্কুনা।

ঐগী ঈচা নুংশিজবশিং
যাওখ্রিবনি ঐগী ঈ, মখোয়বু শেম্লকপদা
যৌবকখি মতমদো খঙহৌদনা
চৎখিনবা মথঙ মথঙ ঐবু থনমদুনা
মাগী মাগী থম্মোযনা পামজবা মফমশিংদা।

চৎখ্রে অসুম্না পূন্নমক
ঐনা পামজবা নুংশিজবা খূদীংমক
অঙাঙ ওইবিঙৈগী নুংশিববা মীৎকূপশিং
ঈনখৎলকপদা মঙখিবা মঙলানশিং,
চৎখিগদৌবিবনি ঐসু হুন্দোক্লমদুনা
নুংশিজবী মালেম ঈমা মহাকপুসু,
হে ঐগী থৱাযনা থনম্বা হকচাঙ,
পাঙথোক্লম্মু নঙতনদি ঐনা পামজবা অমত্তং
নঙঙোন্দগী থোক্লকপা মখাক মচুন্না
ঙম্বা ওইযুকো পীবম্বা, লৈহাও নুংশিৎ ওইনা
মতম অমদা শাৎলক্লবা
লৈ অঙৌবদো ঐনা পামজরম্বা।

**শিন্নোং**

দিছেম্বর ৯, ২০০৪

# ঈ থোক্লবরা অমুক্তা

হে থম্মোয়,
ঈ অমুক থোক্লক্লবরা ঙসীসু
মফৃৎ মফৃৎ
মহৌশাগী মথূনশিংদুদগী?

কপ্লিবোই খল্লুই
লৈরম্লে নঙদি মোমোন নোক্তুনা;
য়েংঙু, কুইরে হায়নীংলক্লিবা ঐনা,
নঙনা নিংঙাই চাউগনবনিনা
লমহেনবা অমা ওইবনিনা,
হায়দবনি থগ্গানদুনা
ঙসীদি নঙগী অতিয়া মকোয়সে
লৈতরে লৈচীল অমূবা, লোইনা মাঙখরে।

ব্বারেপ্পসি ঙসী ঐখোয় মঙাগী মরক্তা
পূক্লীং, হকচাঙ, থব্বায়, নঙ, ঐগগী মনূংদা;
ফংজরে খরা মখৈদি
পোৎথাবা ঐখোয় অহূমগী মবক্তদি
থব্বায়নে, হকচাঙনে, ঐনে
ঙমজরে ঈশা ঈশানা ঈশা ঈশা ওইবা
ঙমদরি থম্মোয়, পূক্লীং নখোয় অনীদি
লেম্পা লৈতরি নখোয় অনীগী নিংঙাই
লেপ্তুরি ব্বাকৎ, শাউবা, ওইনবা
ঙল্লক্তরে ঐ পু থাংবা
নখোয় অনীগা, ঐখোয় অহূমগা

নাকপাক নাকপাক তানবা।
য়াম্নমক হেন্না নুংশিরক্লি ঙসীদি ঐ
নুংশিজরকপা ঐনা হান্নদগী
মরূপ মপাঙশিং, ঈচা ঈশূশিং, মরী মতাশিং।
খল্লক্লি করিগীনো ঐনা অদুক শাউরুরিবা
মীশিংদা, ঐবু ইন্থোকপিরকপা, থৌওইবিরক্তবা,
মীনি মথোয়সু
লৈরিবনি অপাম পামদ মথোয়গীসু
থবায় পাল্লিবা ঙাক্তনি হিংমিন্নরিবা
নুংশিরক্লি মথোয়বুসু য়েক্লবনি খল্লম্বা।
মালেম, মৈ, ঈশীং, অহাঙবা লোইনমকপু
ঐ ঙসী নুংশিবা ঙল্লক্লে
ঐ হায়নীংলক্লে
ঐ মায় পাক্লে
হিংলুবগী মহয় য়াল্লে।
অদুবু
নথোয় অনীত মঙায়রে
হৌজিকসু লেপ্ত্রি, নিংঙাই বাকৎ
লাউ নথোয় অনীসু
পূনশীন্নরসি ঙসীদগী ঐথোয় অহূমগা
পূন্সী হায়ববু অসি নত্তরা
মপুং ফাহল্লরাউ ঐগী মায় পাকপা।

নিয়ু ঈল্লি
জানবারী ২০, ২০০৪

# লৈপূং ঈশৈ

শুমহৎখি ঐবু চীংমায়শিংদুনা
নুমিদাংৱাইরমগী মতমদুদা
শজীবূগী নোংফেন্না
চামথোকখিবা ঙশাই নুংথিল মমৈৱাইদা
তৃংহৌরি নোংগী ঈশীং চীংয়া-তময়াদুদা।
অকোয়বগী চীংমায়শিংদুদা
খোম্থাং য়ৈর-য়ৈরদুনা
মায়কৈ হোং-হোংদুনা
শক্লকখি মহৌশা লাইরেম্বীনা
ঈশৈ কয়া মতেক মতেক:
ঈনোৎ মচা মচাগুম ঐগী থম্মোয়নুংদা
থেংলখি হঞ্জিন হঞ্জিন কয়ারক;
ঈনোৎশিংদুগী ঈথক-ইপোম্না
চঙশীনখি ঐগী পূক্নীং, হকচাঙ, থৱায় য়ৌনা।
চৎমীন্নরুবনি ঙাহৌ ঙাহৌ মাগা ঐগা
উবা ফংলকখি মানসূ ঐনসূ
ঈমায়দো অথনবা তনিক তনিক
ঈচেল ঈতিনফম পাত্তুদা
চেনশীন্নকপদা থম্মোয় অনীগী ঈচেলনা।
ঈশৈদো মহৌশা লাইরেম্বীগী
লৈহৌখি থম্মোয়দা ঙংলদুনা;
মালেম্নি ঈশ্বরনা চানবিবা খঙলক
মচানি ঐ ঙসীদি মালেমদুগী থন

শক্লীংলকখি ঐসু ঈশৈ মতেক মতেক
শৈথারদুনা নুমিত্তুগী
ফজবা, নুংঙাইবা
অমেঙবা, অথোৎপা।
ঙমখিদে য়ৌবা ঐনা পামজবা
সুরদসু, শৈরাং-ময়েক্তসু
ওইখি ঈৰাত্ত ৰাৎপা;
খঙজরকখি তপ্না তপ্না
খঞ্জরম্বদো নহাল মখৈ ঐনা
ঈশৈ ইবা, ঈশৈ শকপনিকো ঐসে
ওইখি ময়থীরবা অমা নুমিত্তুদা।

মমশীল্লকপদা নুমিদাংগী
য়ৌশিল্লকখি লমপাক মচা ঈরৈকায়গী
থেংনরুই লৈপুং ঈশৈ ফাংনবা লৈকায় মচাশিংগী
তবা ফংলকখি নুংশিরবা ঈশৈ অমা
খঙনীংলকখি কনানবু শক্লিবা
মানি, ঈনাও বোদেনি
ঙসীত খঙলক্লি
ওইরম্লে মাদি য়াম্না ঈশৈ হৈরবা অমা;
মারবল কাম্পী, তেলঙ্গা পাইবী
শান্নদুনত লৈরম্বা মানা;
শক্কে হোৎনরম্বা ঙশাই মখৈ ঐনা
ঙমখিদবা খোয়শাওননা
য়াওরম্লে লোইনমক মাগী ঈশৈদা
সুরদসু, শৈরাং-ময়েক্তসু।

ফমথখি ঐসু মখোয়গী মরক্তা
থনখি পূক্লীংদা
'অরগে পেন্না ঙসীদি ঐ
শকখো, লেপখিনু
নখোয়গী লৈপুং ঈশৈদো নুংশিরবা।'

**ইম্ফাল**

মার্চ ৪, ২০০৬

# মঙাল মচা অমত্তং

খঙহৌদনা মমখি
পূম্মম হেক মমখি
লাউনরকই ঈমূং মনূং অমগা অমগা
অয়াকপা খোঞ্জেল কয়ানা
'মৈ অমত্ত
কৈদৌরবগে, মৈ অমত্ত?'
শরক শিখি মীৎকুপ খরথক
মমৈদা মঙাল মচা অমথক
ঙাল্লকই কাচিন অমদগী
অপীকপা মোমবর্তি অমগী;
শ্বর হোন্দোক্লে মখোয় খূদীংমক
হেক হিংগদবা মালহল্লি অমূক।

'এ, লাকএ, লাকএ, মৈ লাকএ
ফরেদা, নুংঙাইরেদনা মৈ লাকএ
পুথোকখ্রো মোমবর্তিদো
মনম নমথিরে
শ্বর ফুন্দোরে।'
মৈখাক্কী মোমবর্তিনা লৈমায়দা
ওনশিনখি থরো থরো কাচিন্দা
শোনখিবগুম তৌই মোমবর্তিনা
তাদি তাবীখিদে কনামত্তনা

'থিরকউ ঐবু অমূক
ঙাইখিগে নখোয়গীদমক

মঙাল মচা অমত্তং

মৈসিনা অমুক মমখ্ৰগদি
ঙাল্লকে মঙাল মচা অমত্তংদি
চাকথেককদৌরিবনি ঐনা
তুমদ্রিফাওবা ঈশাসে লৌইনা
পীননবা হোৎনবদা
মঙাল মচা অমত্তং নথোয়দা।'

ইম্ফাল
জানুৱারী ৪, ২০০৬

---

শৈরেং অসি ঐগী মরূপ অমনা থ্বাই মীয়ামগী মমাঙদা ৱা ঙাঙবদা পনথিবা মোমবর্তিগী ৱারী অমদগী ঐনা ঈশাগী ওইবা ঈরোলদা অমুক শাগৎচরগা ইজথিবনি

# মৈখূ

খঙ্গখি কূইরবগী মতূংদা
ফংজরবোই ঐগী পোৎথাফম অমা মমৈথঙদা
শাংনা চিংশিঙ্গখি আ মনূং য়ৌনা
স্বর অমা চনীং তানা;
চামথোকখিবগুম তৌখি
ঐগী পূক্নীংগী, হকচাঙগী, থৱায়গী
চমোৎ চনায়রবা মকুমশিং
কামথোক কম্লোকপদা কূইনা চৎলূ য়াদ্রবশিং;
তিনখরি ঐগী শ্বরনা
লৈচীল্লক্তা, থাজীল্লক্লিবা চগূংননা
লাইজ ইনিলনা মবূক চোল্লবা
নেমতক নেমতক পাইখৎলক্লিবা
লোক্নূংদগী মথক্লোমদা
সিক্কিমগী চীংদোল চীংজাওলক্তা।
শন্দোকখরি লৈচীলদূনা চীংমায় নপোমশিংদা
মখোঙ শাংবা নাপীশিংগী মকালক্তা
চোইনা চোইনা তাশীল্লিবা মোংশোংলক্তা
য়ৌখিনবা অৱাংবা উচান পাম্বীগী য়েত্থুম মনালক্তা।

মীৎচানরক্লি ঐগা তপ্না তপ্না
য়েংলকপদা মহাক্না
মোং হাবা তহা তহাবা য়াওদনা
মরুমশিংদগী মূনা মূনা
তীস্তাগী নূঙ্গায় ঈচেল্লক্তগী
সিংতম, রানিপূলগী লম্বী লিম্বেকশিংদগী

ছামণ্ডু পাৎয়াগী. নাথুলা পাসকী চীংদোলশিংদগী
অতিয়া পকনা ৱাংবা অঙৌবা উনগী মতোলশিংদগী।
ৱাহঙ কয়া হংলক্লি
পাখোঙ কয়া চল্লক্লি,
'পেন্দ্রিবরা?
থেমজিনবা ঙমজদ্রিবরা
নাপল চাউবা নথম্মোয়দো
পেনগন্দবা নঙগী নিংঙাইদো ?
হে তাইবঙ মী, নঙ করিদি খল্লি
করি ৱাখল ফাওরক্লি?
উরি করম্না ঐগী অৱাংবা চীংদোল
নঙগী নরেপ. নঙগী ৱাখল?'
মূশি মূশি তারম্বদগী
পাউখুম পীগে হোৎনরম্বদগী
লাপথোকখিবগুম তৌরক্লি মাগী ৱাহঙশিং
মাঙখিবগুম তৌরক্লি ঐগী পাউখুমশিং।
শাংদোকখরি ঐগী মীৎয়েঙনা
অতিয়া চীংদোল ৱাংমা লান্না
উরক্লি অথাম্পদা য়াম্না তাম্না
উনগী চীংদোল মরুমদগী হাইগৎলকপা
মৈথূদো ঈরমদমদগী কাখৎলকপা
ঐগী সহরগী ময়ায়দগী
ঈনাৎ-ঈরোলগী পূক্কৈদগী
ইম্ফাল ছেন্ত্রেল লাইব্রেরীদগী।

গাংতোক

এপ্রিল ১৭. ২০০৫

# ৱাহৈনা হক্কী ঈশীং

চাইখাইয়ু,
চাইখাইগদবনি মায়কৈ মরীদা
হক্কুনা থম্মু মনম্না
হেঞ্জিল্লকপা য়াদবা মফম্নি খঙনবা
হক্কী ঈশীং চাইখাইদুনা।

পেন্দ্রি,
পেন্দ্রি মদুনা
লাউগদবনি হৌনা হৌনা মচী মচীদা
খৃস্তিয়ান্নি ঐখোয়, মুস্লিম্নি ঐখোয়সু,
হিন্দুনি ঐখোয়, সনামহীনি ঐখোয়সু অসিৱাঈদা।

চাইখাইয়ু,
চাইখাইয়ু ৱাহৈনা
হক্কী ঈশীংগী মহূত্তা
হেঞ্জিল্লকনু হায়রদুনা
ঐখোয়গীদি ঐখোয়তনি অসিৱাঈসিদা।

লাউ,
হৌনা লাউ, খৌনাউ শেগায়বমখৈ
অশীংবদি ঐখোয় মীওঈবনি, লেঙলি পাল্লিবশিংগী মরক্তগী
হঞ্জিল্লকপদদি নহনফমদা
করিমত্তা খেন্নবা লৈত্রি উমংগী শাশিংদগী।

গাংতোক

নবেম্বর ২২, ২০০৫

# থৱায়শিংনা য়েংলকপদা

চৎখ্রবা তাইবঙ থাদোক্লুনা
য়েংলক্লি ৱাংমদগী থৱায়শিংদুনা
মরৈকায়দা মরমদমদা
অমুক অমুক মঙক থাঙ্গৎতুনা।
ঈরা চেল্লক্লি মমীৎশিং,
'করি ওনখ্রে ঈচা ঈশূশিং
মাঙ তাকখিদৌরবরা বেবিলোনগুম্না
অদুক ফজহৌবা ঈরমদম্না?
থাদোক্লমদাই নিজখিবা
তুং কোইনা য়াইফহৌনবা?'
উরকপগুম তৌরি থৱায়শিংদুনা
নোংমৈ মরূ চাইখাইবা
নুংশিনদবা, হাৎন-শুনবা
বস, দুকান মৈ থাবা
লম্বী, থোং কাপখায়বা
মহৈ লোয়শঙ মৈ ৱায়বা
সাহিত্যগী পূক্কৈ তুম্না চাকহনবা
মরৈচা মশেল শন শঙ্গু হোইবগুম হোইনবা।
তারকপগুম তৌরি মায়কৈ অমদা
খোঞ্জেল অমগী মথক্তা
খোঞ্জেল কয়া অয়াকপা
'হিংগদবনি ঐখোয়গুম্বদি
শিগদবনি নঙগুম্বদি।'
তারক্লি অমুক খোঞ্জেল কয়া পুল্লপ পুল্লপ
মরৈকায়শিংদা লাউনবা,
'অথৌবা ঈপা ঈপূশিং

লীরক্কেকো নখোয়গী খোঙগূল
ইল্লক্কেকো নখোয়গী নতুং।'
শোন্তক্লা খুমখি থব্বায়শিংদুনা,
'শোল্লি চীনবান্দদি ঐখোয়গী মিং
শূক্তোক্লি পীশূমশিংদি রাবনগী মতৌশুম
য়েক্লি নবূক্লীংশিংদনা খূজীল থৌরাঙ
মীহাৎ-মীশীগী ব্বাখল কংশগুম
নরৈবাক নরৈচা মশেল;
ওমদুনত লৈরি ব্বামৈগী নবূক্লীং
ঙমদ্রি খনবা নুংশিনবগী পাকখন
ওইরি ইরমদমগীত মাঙ তাক্লবা
পাঙথোক্ত্রি নথৌ মালেম্না থাগৎনগদবা।
লৈখা তাখ্রবদা তোরা তূনা
তুংগী মীহৌরোলনা ঈরমদমদা
মাঙখ্রগনি তপ্না তপ্না
ঐখোয়গী মিংসূ ঈরোলনুংদা।
থম্মিগে হায়রবদি ঐখোয়গী মিং
ময়েক লানা, চেকশীন্না লূনা
শেল্লম্মু ঈমূং অমা অফবা
থল্লম্মু নচা নশূ নুংশিবা
মী অফবা ঙাক্তগী ঈমূং
ঈমূং অফবা ঙাক্তগী লৈকায়
লৈকায় অফবা ঙাক্তগী ঈরমদম
শকখঙনরক্কনি শোয়দনা
থাগৎনরক্কনি মালেম্না
হেন্না মায়েক লারক্কনি ঐখোয়গী মিং
মদুনি পামজবা ঐখোয়না।'

নোর্থ সিক্কিম
এপ্রিল ১১, ২০০৬

# পঙথহৌবা

উপ্লক্রে লৃহূপ্তি
থায়নগী নিংথৌগুন্না
লৈ পরেং কয়ামৃক্তি
হূক্লখি মঙকশমদা মীয়ান্না;
শাখি জগোয় থূৎথেক
থনগৎলবা লমদমসিগী অহৈবশিংনা।
ৱানরবনি ফংনদবগী থবক
তম্থনরবা মতম্নি লৈবাক পৃম্বা
শাউনরে মী থৃদীংমক
ওক্লে, পেল্লে ঈথেঙ তানবা, হাৎন-শুনবা।
শেৎলি, লৈতেংলি ফিমন, জগোয় শাবশিং
মাল্লে শৃদোক চামথোক্তুবা চহী কয়ামুক
শেংদ্রে মচুশিংদুসু
লংদ্রে লৈতেংশিংদুসু;
অহৌবা খোঞ্জেলদা
লূতোন য়ৈনা ৱাংবদা
জগোয়গী পৃংথীন চাননা
লাউরকখি মবক মরক্তা খোম্থাং য়ৈন
উমংগী শাশিংগী মতৌগুন্না
জগোয় লুচিংবা অহূম মরীনা।

লোইশিল্লকপদা হরাও কুমহৈদুনা
ৱা ঙাঙখি লেঙশীনবিরকপা অথোঈবদুনা,
'পেল্লে য়েংবদা
ঙসীগী ফজরবা জগোয়-নাৎ
য়াম্না ঈনাক থুল্লি ঐনা হায়জবদা
লান্না লৌবীগনু, নৎচদে তাৎ;

থন্নন্নবনি য়ান্না থাক ৱাংনা
থায়নগী ঈপা ঈপূশিংদুনা
মাঙহনগনু, চাওখৎহল্লু হেন্না হেন্না
হৌজিক লৈহৌরিবা নখোয়না।'

খূনয়কই হৌনা খুবাক
কাচিন কোয়াদগী লোইনমক
হরাওনৈ মীপূম খূদীংমক
কাউনথ্রমাল্লে ঙন্নমক
শাউনরম্বা পূন্নমক
লম্বী থোং ফত্তবগী
নুমিদাং মৈ ফংদবগী।
শোনখিবগুম তৌখি
কূমথরকপদা ফম্বাক্তগী
অথোঈবা লেঙশীনবিরকপদুনা,
'জগোয় খরা শাজরগা
পঙহীং হিংজবা মীশিংনি
খরা থাগৎপিরগা
পঙনুং নুংঙাইজবা;
ৱাংলিদা ৱাংপদি
থোইদোক্লা খেন্নবা লৈত্রি
মখোয়গী পুন্সীগা
জঙ্গলগী শাশিংগীগা।'

ইম্ফাল

দিছেম্বর ২৯, ২০০৫

# ঈশ্বর নঙ ৱারম্লগনি

নিজেররোই ঐ ঙসীদগী
ঐগী ওইবা করিমত্ত নঙঙোন্দগী
য়ামখ্রে, মশীং থীঙম্লরোই পারুবদা
নিজখিবা ঐনা হঞ্জিন হঞ্জিন নঙঙোন্দা;
ফংজখিদে অমত্তসু
পিরাং শিম্থবমথৈ হায়জখ্রবসু।
চুমই, য়াজে ঈশানা
নিজখিবা পুন্নমক্তো ঐনা
ওইজ থিবা ঙাক্তগীনি লোইনা
নুংঙাই য়াইফবখক্তগীনি ঐগী ওইনা।

ৱারম্লগনি নঙসু শোয়দনমক্কী
ৱাকৎ ময়াম তাবদা ওইজ থিবা খুদীংমক্কী
কৈদৌরুগনি অরেম্বদা
তারুরগা ঐগুম্বা তাইবঙ অমগী কম্পদা?
অদুমকপু লৈরি ঐগী থাজবদি
তাইবঙ মালেম্বু শেম্বীবা নঙ অমা লৈ হায়বদি
উৎচনীংলি ঈকায়খুম্নবা অমদি
পুন্নমকপু শেম্বীবা মপু নঙবুদি।
তাবা ঙমজরোই কনাগুম্নবা নঙবু চৈরকপদা
পোকচরি অকিবা অমদি নঙগী নফমদা।

কয়াদি কুইরক্লে নঙনা তম্বিরক্লিবা
তাইবঙ মীওঈববু অচুম্বা লম্বীদা হিংননবা
লৈত্রে মীওঈবা ঐখোয়না হৈবা কৌবা
তম্বিদ্রবসু হৈফম থোকপা হিংবা।

ওইরে ঐখোয় মহৈরোয়শিং
হঞ্জিন হঞ্জিন চাংয়েংদা তোরা তুরবশিং
অদুগা নঙনা ওজা গুরু ফত্তবা
ঐখোয়বু তম্বিবা হৈত্রবা;
ওল্লক্লে ঈরমদমসিনা মৃৎকদৌরবা মহৈতম্ফমশঙ
অদুগা নঙনা লৈখা তারবা ওজা কোক্লেন।

হায়নরক্লগনি হৌজিক নরালনি নঙগী
ঈরমদম্না মোৎশীল্লক্লিবসিগী মরম পূম্নমক্কী;
অদুগা করি খন্দুনা লৈরিবা নঙনা
অরেম্বদা মতম মাঙহন্দুনা?
হায়নবদায়, লোইনা ঙম্বনি নঙদি
করিগীনো অদুগা নঙনা তৈশীনবীরিবসিদি
ঈরমদমসে অথীবা ঙাক্তনা
মায়কৈ খূদীংমক্তা অশোয়বা ঙাক্তনা?
খনবীরুরগনু ঐগুম্বা অমগীদি
কনবিয়ু ঈরমদম অসিতবুদি।

ঈমা লৈবাক্কি শীংথানরম্বা
মতীক মঙাল লাপ্না থাপ্না শন্দোক্লম্বা
হৌখ্রবা পূৱারীদা খোঙদাবীরম্বশিংনা
থম্বিরম্বা শেমগত্তুনা, লৈশি লৈথোন্দুনা;
হন্দরি ঙসীসু ঐগী থাজবা
লাকখিগনি ঈরমদমদা নূংঙাই য়াইফবা।

**ইম্ফাল**

দিছেম্বর ২৯, ২০০৫

# খোইরেল মশা পাইবা

করিসু তৌরমদে নহাল মখৈ লৈমিন্নরকপা
কূইরবনি, খোয় মহূম শারক্লিবা
থারুই নোংমা নূংনা
থৌ লৈতবা অঙাঙ খরনা;
খোইয়ান্না য়োমখি মশাশিং পূন্নমক
অনকপদা শান্নরম্বা অঙাঙ খূদীংমক।

ব্রাকৎলকই অঙাঙশিংগী মমা মপানা
ইংখোল মপূদা য়োমশীল্লদুনা
য়াওশীল্লকই লৈকায় লৈবাক মীয়ামসু
লৌথোকপা তারকই খোয় মহূম য়ানীংদ্রবসু;
তপ্না তপ্না কাখৎখি শূমাঙগী হৈনৌ মতোন্দা
মূরূম মূরূম শোল্লদুনা ইংখোল মপূদো মচীন্দা।

তাবীখিদে মাগী ব্রাদি কনাসু
মচিং মশোল অমা শোনখিবদু
'চৈগে হায়দে কনামত্তনা
মখোয়গী মচা মশূশিংদদি
খোই মহূমদা মতূংদদি
নূংনা থারুনু হায়বদি।'

ইম্ফাল
মার্চ ১৩, ২০০৫

# ওইরকখিগদরা মীশিংনা মী

চৎলমই মখোয় লোইনমক
লমহাং উমং কয়া লান
অমুক লৈঙোয়গী তোর্বান্দা
য়েংল য়েংলদুনা তুরেল খোঙনূংদা।
লমপাক, চীংজাও কয়া ফাও
উপাল ৱাপাল খুঙ্গং খুঙ্গাও
লোয়শঙ শঙ্গায় সহর ময়ায়
কোনশিঞ্জদুনা পূক্লীং, হকচাঙ, থৱায়।

পূরক্কুনা মালঙবনা
অৱাংবা চীংদোল লান্না
য়ৈরখি মতমগী মনম্না
ঈরীকসু চেল্লক্কুনা সমুদ্রদগী
ৱাংমরোমগী খুন্নাইশিংদগী
তিনখি মখোয়গী হকচাঙদা, তুখোঙদা
মথম্মোয়শিংদা, ঈগী ঈচেলশিংদা
য়ৌরকখি তপ্না তপ্না মকোকশিংদা।

শঙলেন্দো য়েলহৌঙৈগী
থম্বিরম্বা মপা মপূনা
য়েন্নখা-লূখা, থোঙ্গাল-শম্বোঙ, শূমাঙ-থেলোং
কোয়য়েঙ য়েংলকই অমত্ত চীৎথদনা;
খূত্তা শুমজিৎ, ফক্লাঙদা কৈরাক
ময়েক শেংলক্লে শঙলেন য়াইফকোল
য়োৎপাক থাঙজৌ পায়খৎ
ফজরক্লে হৈকোল লৈকোল।

থোক্লকখি শন হোইবা পাম্বা খরা

পায়রদুনা শাজৈ মীংনা উদবা;
ওইখি শঙ্গুলক্কী শন ঈরৈচা কয়া
শান্নবিখি মখোয়বু হোই হোইদুনা;
শাউনরকখি তপ্পা তপ্পা
য়াওনরকখি শঙ্গুলক্তা থৌনা ফবা
পায়নীংলকখি মখোয়সু শাজৈ
পায়রকখি শাজৈ শিবগী দণ্ডি পীবা ঙম্বা।

খঙহৌদে কদোমদগীনো নোং নুংশিং
মায়কৈ শলাই খঙদ'মখৈ
কাল্লকলে অশাওবগী মৈজাও মৈখু
তিংথোক্লুনা অশাংবা মরৈ
মৈৱায়রক্লে মথঙ মথঙ
কৈবোয় লৈকায় মীপুম খুদীং
খিনবিরদুনা মকোক মকোক্তা
অকনবা ৱাশক্কী উরোং কয়া।

অশাবা মৈশা য়েল্ল য়েল্লদুনা
কোয়য়ৌ য়ৌরক্লে তমথিবা নুংশিংনা
অশাওবগী নোংথাঙনা অতিয়াদা
কুপ্লদুনা কুফেৎ কাফেৎ পুংশীং কাংদ
কুপশিনখরে নোংথক পাক থুংনা
নিংশা ফুঞ্জিনবা অমম্বা মৈখুতনা
হেনগৎলক্লি নুংঙাইজবা মখোয়গীদি
মীগী মতীক লল্লোননা কাঙবুগীদি।

পুন্সী কয়া তংদু লৈতাহন্দ
মীপুম্ম তিংনা য়ুমথোঙ খুদীং
য়ানুংদা ঈখেঙতনা পুমঙাঙ ঙাঙ
পুন্নীল নিল্লে খুঞ্জিন খুন্দোন

## ওইরকখিগদরা মীশিংনা মী

ঈ মশেল মখায় লৌনবা
নূপী অঙাঙ ইজৎ মাঙহনবা
খন্নরক্লে হৌনবীনি হায়না
লৌনরক্লে পাপ ওইনা।

ময়েক শেংলম্লবা লৌবূক, খুঙ্গং, সহর
নীংথীরম্লবা লাইগী লৈবাক্কুম
শঙলেন, হৈকোল, লৈকোল
ওনখরে য়ূমগায়, নারক্কী মোংশোঙ
নেমদি নেম্লকখি'দরা মৈরীগী নোংলৈ
ঙাইখিবা তারি কয়াম কুইখিনি?
য়েংনরি কায়রবা শঙলেন্দুদা অমুক অমুক
ওইরকখি'দরা মীশিংনা মী অমুক?

গাংতোক
জুন ২২, ২০০৫

# লেপচরগে ইরোমদোম

কুইরে,
থাদোক্লে ঐ নঙগী ৱাখল
খঞ্জরম্বনি মতম চূম্পদা
চৎমীন্নে ঐ নঙগা লোয়ননা
নোংমতসু ফংলক্ত্রি ঙসীফাওবা
নঙগী শামিন অমফাওবা।

খঙবীদ্রবদা পূক্লীংগী অৱা-নুংঙাই
মরূপ অমনা মরূপ অমগী
য়েংবিরক্ত্রবদা হন্নফাওবা
খল্লুগনি নঙগী অমুক ঐনা করিগী?

পামদরে ঐ নতেঙ নঙঙোন্দগী
নিররোই, লৌররোই কনাদগী
চৎচরগে ইথন্ত নায়তোম
লম্বীসিদা ইরোমদোম।

ওইজরগে ঐনা ঈশাগী মপূ
থল্লরোই মপূ কনা অতৈ ঈথক্তা
পাল্লিদনা কোক অমদি ঐগীসু
খলহল্লগে অফ-ফত্ত মানা ঐগীদমক্তা

শিল্লোং
সেপ্তেম্বর ৪, ২০০৪

## নুংশিবগী পাকখন

'ট্রীক, ট্রীক' খোংলি
শঙ্গু অমগী য়েন্নাউ মচাশিং
পুল্লপ পুল্লপ হোৎচীল্লি
ফন্দোক্তুনা, খপ্লদুনা
থিন্দোকপদ ঙায়রিবা অপীকপা মশাশিং;
পীজনীংলি নুংশিরবা মচাশিংবু
চাজেনবী য়েনবী মমাদুনা
অচাপোৎ লৈরে কৌশিল্লি
'ক্রক, ক্রক' য়ারক্তা খোংলদুনা।

চাথোকখিদৌরে পাখৎলদুনা
মাগী চাকথা শরূক্তুদবু
হৌগৎলক্লি উইরম্বদগী হূঈনা
তাম্লোক্লি য়েন্নাউ মচাশিংদুবু
মায়কৈ মায়কৈ থক্তুনা;
চাথোক্লীংলবসু লাক্তুনা ফারগা য়েন্নাউশিংদুবু
য়াউম অমদি ফারগদবা,
হেকমক তৌঙমদে মতীন তারক্লবসু
কিজৈ মপূ, মাবু লুনা তৌবিবা।

ফন্দোকচৈ য়েনবী মমানা
মাগী মশা অঙম্বা মখৈ
হাক্কন্নজৈ মচাশিংদুবু
থৌনা ফনা লেপ্তুনা
হূঈদুগী মমাঙদা।
চয়োল অহূন্নি চঙখিবা

মচা ওন্নবা মরূম কোনবদা;
শিবা কিদে য়েনবী।
অমরা অনীরদি ওইরমগনি
মপা ওইখিবা য়েন্নাউশিংদুগী
অচৌ অচৌবা য়েনবা;
উদে মশক অমত্ত
মমা মচাগী চিরবা তাম্ফমদুদা।

শান্নরি শরাক
হূঈনাও মচা মঙা তরূক
কা-কূন্নদুনা মমাগী মবূক,
লেজুম, মঙক, মখা-মথক
উল্লি মচীনশিংনা, অমা অনীনা
খোম থকপোই থক্তবোই
লুম্বু লুম্বু য়াইরদুনা
অয়ূক্কী নুংঙাইরবা নুংশা।
খোংলকই হেক খঙহৌদনা
ফুক হৌগৎলগা মমাদুনা
উবদা চঙলকপা
শকখঙদবা মী খরা;
চেনশীন্নখ্রি হূঈনাওশিং খূদক্তা
য়েন্নখা ফক্লাঙ মরুমদা।
হূঈজাও লাবশিং মপা ওইখিবা
উদে লাকপা নোংমত্তফাওবা
কিগনু থেমজিনবিনবা
মচাশিংদো কিগনবা চিংনগনবা।

খৌশারি শন্নাউ অমনা
ফৈনা ফৈনা চোংলদুনা
তান্নজরি মমা শনবীনা
মো মো খোংলদুনা
মচাদু শোয়খিগদ্রা পাখৎচদুনা
হেন্না হেন্না খৌশারক্লি শন্নাউদুনা
জীপ অমা থৌজীল্লকপদা
লমপাক ময়াগী লম্বীদুদা
লেপ্লি শনবী মমানা
ফী ফী কাল্লদুনা
জীপকা মচাগগী মরক্তা।
খঙহৌদে করম্বনো
মপা ওইখিবা শল্লাবদো
য়েংলদে নোংমত্তফাওবা
মচা পোল্লবরা হায়বফাওবা।

লাইবক ফৈ মীওঈবা মমা মচা
শামক্লম্বগী লীচত্তি চত্তে মপা ওইবা মীওঈবা;
নুংঙাইবা পাখৎপগী মরক্তা
ৰাজৈ মীওঈবা মপানা
করি থোক্লগবা মাগী লোয়নবীদা
হয়েং মচা পোকপা মতমদা।
য়েংহঞ্জে নুংশিজবী মাবু পুদুনা
চেকশীঞ্জে ডাক্তরগা তানদুনা;
লাক্লবদা নুমিত্তো মতমগী মতৃং ইন্না
পৃখৎচৈ লোয়নবীবু লাঈয়েঙশঙদা
চৎচৈ হঙ্গৎ-হন্দা

খাঙজৈ লৈতাবা ফংদনা মপান্দা,
চাবোকশঙদগী পুথোক্লকপদা
যেংজৈ মচাবু ফিযোম মবক্তা
নোকচৈ শুদেক্তুনা থৱায তানা
পংতক শুতক তাবা মীনোক অমা।
কোযচেন চৈঞ্জে ইপান থাবগী,
মনা হূৎপগী, স্কুল-কোল্লেজ কাবগী
যেংশিঞ্জে কৃপ্না
কবি তৌবিবা মচানা
যূম পাল্লবফাওবদা লুহোংদুনা।
লৈশিল্লক্লে কনা অমা
মশামকপু যেংশিনবিনবা
তোকপা লৈতে শিদ্রি'ফাওবা
মচাবু, মশূবু নুংশিবা, লূনা তৌবা।

খাইদোক্তুনা ঈপাক্তুদগী
মশামক্কী মচা মশূবু নুংশিবগী
কনা লৈজদ্রবা থৱাযশিংদা
মীনুংশিগী ঈখোঙ ঈচেল অমা
পীবা ঙল্লীবী চনূবাশিং
নূপী ওইবী, মমা ওইবীশিং
লাইগুম্বগী পূকচেলনি মখোযগী।
মমা অমগী শক্তমদা
হন্থবা যাওদনা কবিমত্তা
নাউকোল্লি পাবি-মমোম শকপশিংবু
তম্বিদুনা তাইবঙ কৈথেল কাবা হৈনবা।
লেম্থোকপা ঙমই মপুন্সী চৃম্পা

## নুংশিবগী পাকথন

নাউকোন্দুনা থৱায়শিংবু কনা লৈজদ্রবা

মায়কৈ মায়কৈদা মায় থাঙ্গত্তুনা
থিরুরবদি মনম নম-নমদুনা
তাইবঙসিদা তাঙলবসু তাঙনা
ফংগনি ঈরায়-লায়না
ৱাৎপা কৌবা লৈতনা
মেঙলবা থোৎলবা
মীনুংশিগী মনমদো নুংশিরবা।

**ইম্ফাল**

জানুবারী ২০, ২০০৪

# নিংঙাই চাউবা থম্মোয়

ঙসী কৌবা মহাক্না
করিগী লাকহন্নীংবনো অসুক ঙাইঙমদনা?
নিংমথমা কৌবী নুংশিবী
ঐগীসুনি পামজবী।
হয়েং হংচিত্ত মঙায়রে
অদুগা ঙসীগী নুংথিল অথেঙবসিদা
নোংনগা পৎলি পৎলি চুশিল্লকপসিদা
ঈংবসে অসুম হেঞ্জিলহল্লক্লি
লৌরে চঙজফম ঐদি
অরুম্বা ফৈজ্রূপ মখাদা
ফংজরে ঐগী মহৌশাগী নুংঙাইজবা।
উরক্লি থোঙনাউ মিংশেল ফাওনা
শান্নরম্বা চগূংনবা লৈচীলনা
অকৃম্পা, অকৃংবা নোংলীক মরক্তা
মাঙদা নক্লা উরিবা চীংমায়দা।
শুমহৎলক্লি তপ্না তপ্না পূক্লীং ঐগী
চঙশীল্লক্কুনা কাচিন কোয়াদা থম্মোয়গী
ৱারী শানরুরি য়াম্না নকশীন্ননা
মহৌশা লাইরেম্বীগা ঙাইহাক্তং তোৎন-তিন্ননা।
হায়খিবগুম তৌই ঐনা,
'ঙসী নঙগা হকথেঙননা
ঈমায় ঈমায় ওনশীন্ননা
ৱারী শানরুবা অসিনা
মাঙখিবগুম তৌরে ঐ ঈশাসু

ঐগী পুন্সীসু, মরূপ মপাঙসু, মরী মতাসু;
ৱারৌখিবা কয়া পুন্সীবু ঐনা
ঈরমদমগী ঈখেঙগী লান
কাঙলূপ মশেলগী শেপ্পবা ৱাখল্লোন
নেইশনেল হায়ৱেজগী ৱোক্কেদ
ঈরমদমগী নুমিৎ খূদীংগী বন্দ
অমেরিকাগী মুস্লিমগী ৱাথোক
ওনখরে মমি শামিগী শূমাঙ লিলা
লেপখরে ঙম্না লোইনমক;
পীবীবা য়াদবরা ঐঙোন্দা নহান্না
ঙসী ফংজরিবা ঐগী পূক্নীং, হকচাঙ, থৱায়না
মেঙলবা শান্তি অসিগুম্না?'
মীৎকূপ থরগী মতূংদা
ফুনগৎলকখি ঐগী থবাক তপ্না তপ্না
পেন্দবা, নুংঙাইতবা মরোল মরোলনা
খোয়শাওনবা, পূক্নীং নুংশিবা অনী পূনশীন্দুনা
অশাবা পিরাং মরক্তা
ৱাকৎলকই অমুক ঐনা খাঙতক্তা,
'মালেম ঈমাবুসু, মহৌশা লাইরেম্বী নঙবুসু
নক্না নুংশিজবা নচানি ঐ;
নখোয়নদি নুংশিবিদে ঐহাকপু;
লংথবি ঐহাকপু নখোয়না
পুন্সীগী পেন্দবা অৱাবা ঈপাক্তা হন্না হন্না।'
ঙাইহাক কম্পমখৈ কপ্লুরগা
নোক্নীংলকখি ইথন্ত অমুক
ফাগি ওইরম্বা মীৎকূপ অমগী মমাঙদা
অওঈবা অমুক ওইরকপা মথঙ মীৎকূপ্তা;

নিংঙাই চাউবা থম্মোয়

ৱারকচখি ইথন্ত অয়ম্বা ঈশাবু,
‘লৈরি অশোনবা হৌজিকসু নঙগী
য়াখিরোই মচা ওইবা মহৌশা লাইরেম্বীগী।’

শিল্লোং

ওক্তোবর ২০, ২০০৪

# বম্বূলা

খংহল্লি খংপ্রেক খংপ্রেক
কাঙহল্লি মিহুন থ্রক থ্রক
নাকোঙ শেগাযবা মখোলনা বম্বূলাগী
শরক হাঙদনা পোকখায়বকপগী;
নুংঙাইবগীরা
অৰাবা ফোংদোকপগীরা
ঈ কাবা ঊৎনীংবগীবা
অশাওবা, যানিংদবা খঙহন্নীংবগীবা?
দেবী পুজাগীসু বম্বূলা
পান্থোইবী ঈবাৎপগীসু বম্বূলা
ইমোইনু ঈবাৎ থৌনিগীসু
দিৰালি মৈঙাল্লক্তসু
লূপ অমা হৌদোকপগীসু
চহী হৌবগীসু
লৌইশিনবগীসু।

পান্নবক্লি যান্নমক
অবাঙবা মখোল হৌবা খূদীংমক
যাদবরা পৃথম তেংকোৎনা থীংবদি
নম্রগা খোঞ্জেল হৌনা লাউবদি?
লৈতে করিসু চিংননীংঙাই
লৈতে মদুদা ৰারুনীংঙাই
ঈমূং চরা হেনবা
ঊয়ান মিরাং থুবা;
লৈতে পৈশা, ঈচাগী মোজা ফূরীৎ লৈনবা
পীদবদি য়াদে ঈচাগী বম্বূলা লৈজনবা;
লৈতবদি নত্তে ঈমূং খরসু,

লক্লবী লৈকায়না মখোযবু,
অঙাঙশিংবুদি লৈবা
বম্মূলা থাবদি য়াওজদবা
পৈশা পায়জরবসু
পীবীদবা অঙাংশিংদা বম্মূলাফাওবগীসু
পীবী মিংথোল, ঈমূংনি লীকচখ্রবা
অঙাঙবু নুংশিবা মশক খঙদবা।

ঙমই নঙবুদি ঐনা
পামজৈ খনবা মীওঈবনা
মীহৌবোন্দগী হৌবকখিবা
খূজীন্না খোৎপা, মযানা চীকপা,
খূৎপাকনা থাবা, খূত্তূম্না শুবা
কিন্না থিনবা, খোঙনা কাওবা
মথঙ মথঙ নূংনা থাবা
থাঙনা থিনবা, শীংজঙনা যানবা
ঙম্নবকই মমৈদা লৌশিংনা
কাইনথংদনা কলমগী পাঙ্গলনা
হাযনবকই 'থাঙশাঙদগী কনবা হেল্লি কলম্না
থোক্লপদগীদি নোংমৈ বোম্ব
শোম্বখি মতম খবা কলম।

ঙম্নবক্লে কলম্না হৌজিক
মতমদি চঙই মহয যানবদা,
ওইথোকই নোংমৈ বোম্বগীদি মীৎকুপ্তা,
ঙাযখবে নোংমৈগী নোংমৈ ঙাক্তা
ঈরমদমগী লৈকায, লৈবক, খুন্নুং,
লমহাঙ-তুহাঙ, চীংযা তমযা, চীংথক চীংনূং,
পাম্নরক্লি অঙাঙ খূদীংমকসু নোংমৈ পাযবা

বম্বূলা

ফংদি ফংনদে হেক্তা ঈরায় লায়না;
অরুবা নত্তে বম্বূলা লৈবদি পৈশা খজিক্লা
ঙাওনরিবসিনি বম্বূলা থাবদা নহা-অঙাঙশিংনা
তোক্নরকখিগনি অমুক নোংমৈ পাযবা
তন্নরকখিগনি বম্বূলা থাবা
লাকখিগনি মতম অমা ময়েক শেংবা
নোংমৈ মৰূবুদি কলম্না হেন্না তশেংনা কনবা।

ইম্ফাল
জানুবারী ৪, ২০০৪

# কদায় নঙগী মীনোক

তপ তপ তাবা মখৈ
লৈতোন্দা য়ানুংদা ঈখেঙনা,
তিংথোক্লক্লবদা শাংনা শাংনা
ঙাঙশঙ ঙাঙবা ঈগী মরৈনা,
অয়ূক, নুংথিল, অহীংগী ঈখেঙ মখৈ
লেক্লক্লবদা পেন্না পেন্না,
উন মতুম অথুম্বা
লেকপগুম অঙাঙনা,
ঙমখিদে য়েংলুবা
নোক্কনবী নঙঙোন্দা ঐনা।

পৎথখ্রমল্লে নুংথিল মৈশাগী নুঙ্গাইরৈগুম
লৈময়োলগী মকোক, খুঞ্জাগী কোক্লেনশিং;
খঙজীল্লক্রে কনা কনানবু ওইরিবনো
কাম্লক্লিবসে অশাবা নুংশিৎ
লৈকায়, লৈবাক পল্লান্না
অশাওবা ঈখেঙগী মনম পুরদুনা;
মমা শকপী মখোয়ফাওবা
মৈৱায়রগে খল্লক্লমাল্লে নুংশিবগী মৈরীনা।

হেনমল্লে শাউবা; হেনমল্লে ঈখেঙ
লাউজরম্বনি ঐসু লৈকায় খুঞ্জিন্দা লেপ্তুনা;
নোক্কল্লম্বী নঙগী মায়থোঙদা
য়েংলম্বনি হঞ্জিন হঞ্জিন ঐনা
কদায় নঙগী মীনোক?
থিনখি কদোমদনো নঙগী খূদোম্বীনা
উখিদে করিসু কোঈয়েঙ য়েংখিবদা
অশাওবগী মৈখু মৈরী নওনা।

শিলোং
সেপ্তেম্বর ১৮, ২০০৬

# ঈশ্বরনবু শাউবরা

হায়রম্বদায় নঙনা
তাহৌনবা মালেম্না
'থীল্লরে নঙগী থোঙদা শান্তিনা
ওক্লো তরাম্না, কুইনা ঙাইনরক্লবা মীয়াম্না
থুংলরে শান্তি তাইবঙদা
লাক্লগনি নুংঙাইবা মালেমদা'
নপুন্সী নঙনা কৎথোকখিবা
মীয়ামগীদমক, শান্তিগীদমক নওরা?
হেঞ্জিল্লক্লে চহী লীশীং অনী
কদায় শান্তিদি?

নঙগী নপোক নুমিৎ দিছেম্বর কুনমঙা
হৌ হৌ চোংজখি মালেম পূম্বনা হরাওনা
শেম শাজখি কুমওন কূমহৈ নুংঙাইনবা
মথঙগী নুমিৎ। খাঙঙুথক্তা থৱায় কয়া মাঙলবা।
হেনখ্রে পুন্সী লাখ অমা লীশীং কুনমরী
ফুমজিনখিবা ঈথক্কী লৈঙোয়না সমুদ্র মপান্দা
সুমাত্রাদা, শ্রীলংকাদা, তামিল নাদুদা
সুনামিনা শাউরকপদা।

ফরে, খন্দোক্লসি প্রলয় মচানি
নতীক্কী ৱাংমদা মহৌশা লাইরেম্বীনা থোকহনখিবনি
করিনো জীহাদ, ক্রুসেদ, কাঙলূপকী লানশিংসিদি
নচাশিংগী মরক্তা তূক্কৎচনবা, হাৎন-শুনরিবশিংসিদি?
শাউনিংলক্লবরা হৌজিক্তদা মালেমসে
অরানবা ওইরবরা ৱাকৎসে?
হায়খিবদায় মীওঈবা খূদীংমক নচা ঙাক্লি
শোল্লম্বদায়, নঙনা থবায় থদোকপা, মালেম পূম্বগীনি।

**ঈশ্বরনবু শাউবরা**

মালেম চবৃক ময়ায়
য়েলহৌঙগী ঈদেন গার্দন
লৈজরম্বা ঙরাঙফাওবা নুংঙাই য়াইফনা
হজরতকী মচা মশৃশিংনা
ওইরক্লি লাঞ্জাও অমগী লানফম
করিগীনো অমেরিকানা অশুক শাউরিবা আরব মুসলিম?
স্বর্গগী ঈংলবা লাইরৈবাক্তসু
খৎনরিবরা যীসু নঙগা হজরত নঙগসু
য়াওশীল্লিবরা য়াহব্রেহ নঙসু
রাম, কৃষ্ণ, বুদ্ধ নখোয়সু?
ফজদে পীশৃম শৃক্তোক্লদুনত লৈবা
ঙমদ্রবরা নখোয়বু নচা নশৃশিংসে নুংশিনহনবা?
হে যীসু, হজরত, হরে কৃষ্ণ, হরে রাম
মহাবীর, চৈতৈণ্য, দৃর্গা ঈমা
বুদ্ধং শরনং রক্ষামি,
ঈবৃধৌ পাখঙবা, সনামহী,
লৈহৌরি কনা কনা চীৎথহৌবা
লাই ওইনরা, মীওঈপোক্তরা পোকখিবা?
শোল্লু হায়বমখৈ শোল্লগে
অমত্তংদি ঊৎথোক্লককউদনা পেল্লগে।
মিহৌনরিবা, কল্লক্লরিবা, হূ কামশিন্নরিবা
নচা-নশৃ, মচীল-মনাও মরক্তা য়েংথীনরিবা
থৃপচীনবিরো, লৌইশিলহনবিরো,
খুরুমজরি, পেন্নবিরো।

শিল্লোং
দিছেম্বর ২৯, ২০০৪

# থীজীল্লকপা

অমুক হৌরক্লে,
য়াদরে, কান্নদরে;
তাখ্রে খোঞ্জেল কয়া
ফজহন্নীংবগী ৱাখল ফোংদোক্লকপা
লাউনরক্লবসু কন্না কন্না
তাবীদে কনামত্তনা;
হেক্তা অমুক থীজীল্লকই
মশকশিংসে হিংচাবা হেক্তা মানশিল্লকই।

ময়কৈ খূদীং
মমায় খূদীং
অমদা য়েংলুই
ফজবোই নীংলুই
তপ্না হেক্তা হৌরকই
অসুম হেক্তা থীজীল্লকই।

পুথোকপিরক্লো কনানো অমত্ত
ইন্ত্রা ওক্যুলর লেন্স অনৌবা অমত্ত
হাপ্পীয়ু ঐগী ঈমীত্তা
য়েংথোকখিবদা মায়কৈ খূদীংদা
পূম্নমক ফজবা ঙাক্তা উননবা
থম্মোয়সিনা শান্তি ফংজনবা।

**গাংতোক**
জানুবারী ২০, ২০০৬

# অমুবা লাই

অঙৌবা ফল্লাঙদা
য়াল্লিবা অমুবা লাই,
হুন্নকপদা লিরিবা নুংশিৎনা
য়েংলুববদি নঙঙোন্দা খৃজীল্লপ ঈমীৎসিনা
নঙসি
মালহল্লি শান্নরিবা
চোংথোক্লক্কুনা ফল্লাঙদগী।
অমুকসু,
য়েংলবদি শেপ্লপ পূক্লীংসিনা,
নঙসি
মালহল্লি ঙাম্বোইবিবা লাই অমা
নীংথীনা হকচীন্দুনা শেম্লবা মন্দিব অমদা
হূৎচীন্দুনা ফল্লাঙ মনৃংদা।
ঈমীৎসিনা
য়েংলবদি চুম্নগী মহৌশাগী মীৎয়েঙদা,
খৃজীন-লাওথোক তৌদনা,
খঙবা ঙমই অদুম তশেংনা
ফল্লাঙদা যাল্লিবা অচম্বা
অমুবা লাইদুনি হায়বা।

**ইম্ফল**

ফেব্রুবারী ১৪, ২০০৫

# মাধবীগী শাইওন শর্মিলা

ফজরম্বা, মতম অমদা,
শিথরক্লবা কাঞ্চি লৈকোলনা
নংথরক্লবদা, উমং ৱামঙ ওইনা
মৈশা লাংনা, নীংঙমদনা
থম্মোয় কায়না ঈশৈ শক্লম্বা
হে কাঞ্চিগী কোকিল খোন্নৌবা,
কৌরম্বদায় নঙনা ঈরৈচাশিংবু খুৎলাম তোয়না
ঈরমদমগী সাহিত্য লৈকোলদা মাযওন্না
লিংলদুনা ফেদোম অনৌ অনৌবা
থারদুনা লৈবাং চাবা লৈহাওগা চানবা।
শোল্লম্বদায় নঙনা শোন্থাঙননা,
'হৌখিবনি ঐখোয়গী ঈরমদমদসু
ৱাংলবা উজাউ কয়া
ঙমদি ঙমখিদে ৱাংবা য়ৌনা
অকোয়বগী চীংদোলশিংদগী হেন্না
পোকখি ঈরমদমদা
ফিদমগী থৱায় কয়া
ঙমখিদে নুংশিরবা মনম্না মখোয়গী
চীংদোল ৱাংমা লান্না শন্দোকখিবা।'
তোকখিদে নঙনা লেম্নদি
থল্লমখি খুদম অমদি
থারমখি চারা অমা
মাধবী কৌবী লৈরাং অমা;
শৈহেক্লখি অমুক নথম্মোয় শোক্লা,

‘চন্দন পাম্বী কয়া কয়ানা
চীং-মান-নারক-শীংলক্তা
মাঙ’গুম অরেম্বা উকং ওইনা
কংখ্রনিদো অরেম্বদা।’

ঙসীদি তারম্লগনি, উরম্লগনি
নঙগী ঈখৌ লাংলম্বা থবায়না;
য়েংঙু, মঙফাওনরক্লে মশক ময়েক থোক্লা
মঙজরম্বা মঙলান্দো নঙনা;
মাধবী লৈবাংমক্তি নত্তরে
কৈশুমশঙগী রাণীনি
চেল্লি মথম্মোয়দদি
মাধবীগীগুম থোৎ নৌববা মিনুংশি;
উজাউমকসু নত্তরে
শোঞ্জনববী লৈবাং লৈবাক্লেগুম্বীনি
থিনগৎলকপা লৈরাংগী লৈয়োলদি
য়োৎকী লৈখোক্লি, যোৎকী লৈতোলনি।
তমখৎলক্লি মরেপসু উজাউগুম
হেনখরে ৱাংবা অকোযবগী চীংদোলশিংদগী
মাগী নুংশিরবা লৈনম্লা
শন্দোকখরে চীংদোল ৱাংমা লান্না
লিরিবা মালঙনা পুখিদুনা
মপান নাইদ্রবা সমুদ্রসু লম্থোক্তুনা
কোয়য়েন য়েনখরে থম্মোয়গী লৈনম
মালেমগী কাচিন কোয়া য়ৌনা;
মাঙলরোই হন্দক্কী চন্দন পাম্বীসিদি
অরেম্বদা নারক্কী উকং ওইনা।

 

**মাধবীগী শাইওন শর্মিলা**

হে কোকিল, হৈরম্বদায় নঙদি খোংবা
নখৌ য়ান্না পোঙনা
নুংশিনা ঈশৈ শকপা
পোকলখো অমুক,
শক্লখো ঈশৈ
কোলোয়না মাগী ঈকায় থীবীনি হায়রবসু
লৈনম চেনবী শর্মিলাগী।

শিল্লোং
দিছেম্বর ৬, ২০০৬

# পিরাংগী মরোল

শজীবূ য়েন্নীং কুমথাগী অয়ূক অমদা
হুমদোকখিদনবা নুংশিৎকী ফৌরোয়না
কুরাক অমনা তয়াং তশোইবা
হোৎনবগুম মায়কৈ চুম্না পাইনবা
শাখপ তোয়বগুম, পারবা মশানা
মাযকৈদি ফৈনা, পৈনা পাইবগুম
তপথবা ঙমখিদবে থম্মোযসে
ঙসী ৱাকচীং থাগী নুমিৎসিদা
অযূক ঙন্তাদগী হৌবদুনা,
খঙই মবম
খঙনা খঙনা ঙমখিদবনি ফাজীনবা
পাউদু তাবদগীনি
মহাক লাক্কনি হায়বগী পাউ।

যেংশিন্নখি মবাল ইরাল
খবা থক্কম থয়াযননা
থোক্লককখি চীনবানগী ৱাহৈশিং খঙহৌদনা
পাউথাঙ খবা ঈম্ভোক ঈনশীন্দা
শুজিন শুজিন মচেক মচেক্তা।
করি থোক্লগবা ঙসী উনবদা
ৱাখল অসিনসুনি
হেন্না হেন্না ওইখিবা তপথবা ঙমদবা।
তঈং-তঈংবা নীংশীং নূং
য়ুংলিবা মোংফস্থক্তা
খনখি মদুমক ওইরগনি
মাগী শকওঙদা, মীৎয়েঙদা।

উনরবা মতমদুদদি
মমীৎ কোয়রাওননা পাঙলদুনা
লৈখি মুন্না য়েংলদুনা
ঙাইহাক মীৎকূপ কয়া।
উরকখি মথঙ মীৎকূপ
ফূঈনা হৌরকপা নোংহৌনা
অহানবা নোংলীক ওইনা তারকপগুম
মাগী মীৎলূদা
ঈরাদগী ওল্লকপা
পিরাংগী ঈচেলনা তুংশীল্লকপা
মবূক চোল্লবা পিগী মতূম অমা অনী
চেন্থগে চেন্থগে হোৎনরকপা।

হান্নগী মচেক থাংবা চীনবানগী ব্রাহৈশিং
করিমত্ত হায়নখিদবগুম
লোনশীনখি ঐগী খূৎশানা মাগী শম্লাঙলক্তা
মাগী মখজাইনা ঐগী থবাক্তা
চৎনখি মাসু ঐসু
মহৌশাগী তাইবঙ লোনচত্তা;
পন্নখিদরে ইরাল, মরাল
থৈদোক্তুনা থন্নখি নাকন নাকন্দা।
কৈদৌঙৈ অমুক থোক্লক্কবা
মচেক্তা য়ৈনখিবা ব্রাহৈশিংদো
শেম শাবা তাবনি
থেংননবা অমুক মীৎকূপ্তো
লীচৎনি তাইবঙগী।

চহী লীশাঙ কয়ামুক্কী
শামিন কয়া থেংনরক্লবা

পিরাংগী মরোল

অশাবা শ্বর, অঙ্গৈংবা শ্বর
অমনা অমগী খঙনরক্লবা,
তৈশীন্নখ্রবা মচু কয়া
মরোল অমগী মথক্তা মরোল অমা
করিগীদি কোকহনবা ঙমগনি ঈরায় লায়না
লমদাগী নোং নুংশিৎ মচা অমনা।

শিল্লোং
দিছেম্বর ২০, ২০০৪

# মী ওইরক্লবরা, শা ওইরিবরা

শায়র শায়রদুনা শদোঙ মচেৎ
শাগুন্না ময়াদা শাহীং ঙাহীং
হাৎনরকই অঙম অঙম্বা
চাইখাইনরকই ঈহীং নাইহিং
কিনরকই ঙাইহাক মীৎকৃপ অমদা
খূদোংথীবা লাক্কদরা;
ওইরকই মযূন্না শুকংগুম্বদা
উপাল মথকুম্বদা।
চৎখি মতমদো তপ্না তপ্না
পোক্লরকই থোপশিংদা
অফবা ৱাখল
শেমগৎ শাগৎপগী মঙলান
শান্তিগী তাইবঙ।
থোক্লকই লুচিংবা
ওইহনখি মাবু নিংথৌ
খল্লুই খবা ফগদবা
য়াওরকই নিংথৌগী মবক্তসু ফত্তবা
লাঞ্জাও কয়ামুকসুনি
নিংথৌ মশেল লমখোপ মিহৌনবদা।
অমুক লাউনরকই খাঙবা ঙমদ্রে
থোক্লরকই অমুক লুচিংবা
নিংথৌগী মায়য়োক্তা লান হৌবা ঙম্বা
লেম্পদি লৈতে হাৎন শুনবা।

লৌনরকখিদে নিংথৌগী মৰা
থাগৎনরকই মীয়ামগী মীহূৎ

ফন্দোক্লরকই থবাক
শরাক শান্নরকই নিংথৌ হুম্ফুনা।
পেন্নরক্ক্রে অমুক মীয়াম
শেম্নরকই মাগী মাগী নিংথৌ লুচিংবা।
হে মতমগী লুচিংবা,
লৈবা তাই নঙগী
খূৎপু অমা নোংমৈ পাযবা
কিহনবতাই অতৈ পূম্নমকপু
খঙহনবতাই নঙতনি অঙম্বা লোইনমক্কী মথক্তা
শিখিবদি যাই কাপনবকপদা
হৈবতাই লুমহাৎ লৌশিং,
পেনবা লৈতে মীওঈবা।
মাল্লক্তবে লোইবা নাইগদবা
অঙম তান্নবা, হাৎন শুনবা
মীশিংসিবু মীওঈবা হাযবদু ওইবববা
নম্রগা শা অদম ওইবিববা?

**গাংতোক**
'াস্ত ২৭, ২০০৫

# কাঙ হয়ীংদা তাইনরকপা

লিংখৎনদুনা নোংমৈ পায়বা খূৎপু
লৈবাক নীংবনা লৈবাক নীংববু
নীংতম্বা পাম্বনা নীংতম্বা পাম্ববু
অঙম্বনা ঙমজদববু
নোংমৈ পায়বনা পায়জদববু
মরাল লৈবনা মরাল লৈজদববু
পৈশা পাম্বনা পৈশাগী খঞ্জদববু
শুদৎনরক্লি, হাত্তোক্নরক্লি তপ্না তপ্না
লমন খুম্নরক্লি অমবু অমনা।

শাউগল্লমদবা থম্মোযসিনা
শাউগৎলক্লি তপ্না তপ্না
তাইনফমদি খঙদনা
থিরক্লি তাইনফম কোয়য়েঙ যেংলদুনা।
পাইশিল্লকপা কাঙ হয়ীংনা
নক্না নক্না উশিত্তনা
ঙমশিল্লক্ত্রে য়েংদুনা লৈবা তুমিন্না
থোল্লক্লি অঊ অঊবা তান্ন তান্নদুনা
ঙমজবা পাঙ্গল পুথোক্কুনা
হাৎলক্লি শুগায় শুগায়দুনা;
খল্লক্লি, ওক মপীগী মায়থোঙ লৌরদুনা,
উশিত্তবা য়াবরা কাঙ হয়ীংনা
মীওঈবগী মাঙ তাক্লবত তৌবা মখোয়না।
অর্জুন্না হাৎপগুম অগ্নি সেবাদা
খূৎনা অমুক্তং হাইবদা
হাত্তোক্নীংলক্লি তরা, চামা, লীশীং

## কাঙ হয়ীংদা তাইনরকপা

ঙমজদবা কাঙ হয়ীংশিং;
ঈনশীল্লকপা ওইবিদরা ঈশ্বরনা
পাঙথোকপদি নৎখিদে থৌওইনা
মবাল থঙজীন্নবগী যুগনি হৌজিক
থঙজীল্লগে ঐসু নাশোন্না
মবাল অমা ঈশ্বব মাঙন্দো।

ইম্ফাল
মার্চ ২২ ২০০৪

# মালেমগী মচা

ৱাংলবা নূংগী য়ূমজাওনূংদুদা
নোংথাংগুম কলম্না অমুক্তং চিংবদা
মাঙহল্লি মী কয়াগী পুন্সী
ফংফম থোক্তনা ফংবা মতীক্লা মাগী
ঙম্লরোই নঙবুদি শোক্লকপা।
শঙ অমগী মনূংদা
করি অমত্ত লৈতবা ফক্লাঙলোমদরা
মূর্তি অমগী মমাঙদরা
ঙাক্লি মীৎনা উদবা শাজৈ পায়দুনা
মখোয় লোইনমক্কী মথক্তা
কূন্নরি, মকোক নোম্থনরি
শোন্নবি মূক্নম মূক্নম মচীন্দা
য়াওখিদরে নঙদি অসিগুম্বা মরক্তা।
পরেং পরেং লেংহন্দুনা মনীং মনীংদা
থাঙশাঙ, নোংমৈ, তোপ পায়বা মীযাম,
মীবু কিহল্লি, চৈরাক পীরি
মরাল লৈবসু লৈতবসু
য়াওনীংদ্রে নঙদি অসিগুম্বসু।
নঙগী ৱাখল নঙগীনি
নঙগী ৱাহৈ নঙগীনি
নঙনা পাঙথোকপা নঙগীনি
পূক্নীং, হকচাঙ, থৱায় নঙগীনি
খূদুম চনশিনবা ঙম্লে নশানা
থমদরে মখোয়বু কনামত্তগী মখাদা
শলহোই শাজৈসু কিদে নঙ

## মালেমগী মচা

কোয়চেন চেন্নরিবা শঙ্গুদসু য়াওদে নঙ
শলহোই শাজৈসু পায়নীংদে নঙ
মীৎনা উবা উদবা।
মিহৌরোলগী চহী লাখ কয়া
মীওঈবগী পূব্বারী ঈচেলদা
ৱারী ঙাক্তনি অতিয়ানা উহৌবা
হোইদুনা পূবগী শন-শঙ্গু মালেম্বক্তা
শলহোই শাজৈ মীৎনা উবসু উদবসু
নঙতনি থুদেক্কে হোৎনরিবা
নঙতনি অশেঙবা মালেমগী মচা।
মতমদুদা অসিগুম্বা শাজৈ লোইনা মৃৎখিবা
নুংঙাইবা লাক্লগনি মীওঈবগী থুন্নাইদসু
নোক্লক্কনি হরাওনা মালেমসু, অতিয়াসু
হেন্না লংলক্কনি থৱানমিচাকশিংসু
নোংথক্কী গ্রহ উপগ্রহ লোইনমকসু।

**শিল্লোং**

সেপ্তেম্বর ১৮, ২০০৬

# মতমগী মী

শাৎলকপগীসু লৈ অমা
থুংলবগীসু কুমথা অমা
ওইহল্লু মদুনা লৈবাক্কী ৱাথোক
ওলহল্লু ঈরমদমসে নোরোক
থোকহল্লু নঙগী লৈতোন্দা মৈরী
খুদক্তা পোমহল্লু নিংদোল পুম্বা ঈবৈচা খুদীংমক্কী
মেনশিন্দুনা থম্বা
লৈবাক্কী মচীন পুম্বা
অপঙ শেম্বা
লৈবাক মীযাম পুম্বা
ঙম্লগদ্রা?
ঙম্লোই হাযবগদি
ৱাংলি মতম নঙগী
মী ওইদবি নঙ মতমগী।

লাচুঙ, নোর্থ সিক্কিম
এপ্রিল ১২, ২০০৬

# ঈমাবু নুংশিবা

ঈমাবু
নুংশি নুংশিতমক শোনবা
ফজৈ ফজৈতমক থাগৎপা
লন থুম তিংদে
হকচাঙদা অৱাবা পীদে
ঙম্নৈ ঈবাল লাযনা
পাঙ্গল, মতম মাঙহন্দনা
নত্তে ঈমাবু থোকহন্নীংবা
মিস যুনিভর্স কন্তেস্ততা
পৃদি পুথোকচনীংই
মালেম মীযাম মমাঙদা
ঈমাগী ফজবসে শকথঙলক্কবা,
মদুগীদমক্তা
লৈবতাই ঈমাগীসু ফীজোল অমা
হৌজিক্কী ফদী ফবাসি নত্তবা
লৈকায মীনোক চঙলক্তনবা
ঙম্লবোইদ্রা ঈবৈচা অমত্তনা
মদুগীদমক্তা চেনবা হুমাং থোক্লা?

**গাংতোক**
মার্চ ২০, ২০০৬

# বরাক তোর্ব্বানগী খোইনীং

বরাক তোর্ব্বানগী লমদমদা
খোয়থূম্নরবা খোঞ্জেলদা
শক্লি ঈশৈ খোইনীং অমনা
অতাবা কনাগী পূক্লীং শুমহৎলদুনা।
বরাক কৌবী নুংশিবী
কুমথা কুমথাগী হৌনবী
অমুক্কা ওইরি ঈচেল তম্পী
অমুক্কা ওইরকই ঈচেল ইরৈ কনবী;
হিহোল্লিবা মচা মরোয়শিং
তুংগী মিহৌরোল পুহৌগদৌরিবশিং
থৌগৎপিরি লোইনমকপু খোয়নীং মাগী ঈশৈনা
শকউ শক্লীংবা ঈশৈ হায়রদুনা।
পাম্মূজৈ, মাঙখিগদ্র, লিরবা হৌন লোনচৎ
পাখৎচৈ, কবি ওইদৌরি, হোংলক্লিবা মীওঈবগী মচৎ;
মখল মখলগী ধর্ম, থাজবা
মীওঈবা খুন্নাইদা লৈথোক লৈশীন তৌনরিবা
চৈনরকই, থাগৎনরকই
মাগী মাগী শৈরাং ময়েকশিংদা
নৌনা ঈনখৎলক্লিবা খোন্নৌশিংনা
য়াওরকই মরাল শীবা
খোইনীং মানা থাজজবা মরোলবুসু;
ৱারৌবা লৈতে খোইনীং মানা
ঈশৈদি ঈশৈনি, শকউ শক্লীংবা
থৌগৎপিরকই ঈশৈবু লমজীংবা মানা।
মহয় য়াল্লবনি নঙগী মপোক

মপূ মানা পাওমেল্লকপা নঙঙোন্দা,
'হে খোইনীং,
য়েংহৌরো পেন্না নঙগী অকোয়বগী লৈকোলসে
মখল মখা কয়াগী মচুশিংসে;
কনানা তম্বা ঙম্বগে?
ঙসী হয়েং খঙদে
অমূক হন্না উবা ঙমখিদবা য়াই নঙনা।'
বারুগনু খোয়নীং
নঙগী ঈশৈ, নঙগী খোঞ্জেল
হেন্না নুংশি
কোকিল কয়া কয়াদগী,
শক্লকখিনি তুংগী মীহৌরোল শৈশকপশিংনা
সূর ছন্দদা নঙনা শক্লম্বা;
চৎখিনু অসুক খোঙজেল য়াঙনদি
শক্লমখো কুইনা মখা তানা
পেন্দ্রি ঐখোয়
তানীংঙ্গি নঙগী খোয়থূম্নরবা ঈশৈ।

শিলচর

ওক্তোবর ১৫, ২০০৬

---

*শিলচরগী কবি জনাব খৈরুদ্দিন চৌধুরী দা*

# আশা

নোকশীন্নরদুনা নঙনা
উৎপগুম তৌখি নঙগী অয়াবা
তেমশিংনখিবা
নোংমা উনসি হায়নখিবা
নঙগা
ঈখৌ লাংবা মখোয়গী ঈগা
মাঙলমচৎকী খূনীংথেক অমদা;
নুমীৎ অদুগীদমক
কিখিদবনি মখোয় অমত্ত
অশী অমং য়ায়থোঙ কূম্বা।

য়ান্না পামজবগুম তৌরি নঙনদি
কেকু লোৎপী শান্নবা
ঈখেঙনা ঈচাও থোক্ল'সিফাওবদা
নঙগী শামিন অম্‌ক ফাওহনবা অমূক মাঙহনবা;
অদূক চাউবা মীনম্বা
লংশিল্লক্লবদা নঙনা
ঈমাদা ঈচীল ঈনাওশিংদা
করম্না নঙগী থাগৎ ঈশে শক্লুগনি ঐনা?

থল্লরোই ঐগী ঈমাঙদদি
শুমহৎয়ায় মীশূম মীনোক নঙগী
খন্দোকচরে ঐগী লম্বীদি
লল্লোঙ মঙা ফাংবা মরক্তগী
চৎচরগে লম্বীসিদা
য়ৌদ্রি'ফাওবা পম্বুং অমা ঐগী।

## আশা

উরক্লি চীংয়া তময়া অমা
তারক্লি মায়কৈ মরীমক্তা
খোম্থাংগা লোয়ননা
মতেক মতেক,
মহৌশা লাইরেম্বীগী ঈশৈ
চীংমায়দগী চাইথোকখিদুনা
অতিয়া মালেম শীন্না;
মদুনা ওইজরগে
পুন্সীগী মরেক মহাও।
উনরকখিগদ্রা নঙগা?
ঐগী ঈগা
শক্কা শক্কা
মায়গা মায়গা
করিগুম্বা তাঙ্গা অমদা?
শেম শারি ঐসু মদুগীদমক্তা

শিলোং
ওক্তোবর ২২, ২০০৬

# নুংশিবগা থাঙশাঙগা

শকচখি অনারকলিনা,
‘করিলৈ কিনিংঙাই নুংশিরুবদা?
নুংশিরুবনি, নত্তে হূরাল্লুবা’
শক শোঞ্জখিবনি মানা;
অদুবু
ঙমখি অকবরগী থাঙশাঙনা মাগী মায়য়োক্তা।

অনারকলি মশূংলাংগী
থৌনা ফরম্বা সেহ
ওনখি গঞ্জা থকপা নিংথৌমচা
অকল অথৌ শক্লম্বা সেলিম
লেনখি কানি চাদুনা
ওইর’ফাওবদা হিন্দুস্থানগী বাদশাহ।

ইতিহাস্কী লামায়দা
ঙম্বা শকখি থাঙশাঙনা
শোন্নহৌরি তূংগী মিহৌরোলনদি
‘ঙাকপিখি অকবরগী ইজ্জৎ, লৈবাক্কী ইজ্জৎ
অনারকলিগী নুংশিবনা
ময়া তূমখি মুগলগী থাঙশাঙদি।’
কনানি
ঙমহন্নীংবা থাঙশাঙনা
কনানি
ঙমহন্নীংবা নুংশিবনা
খ্বাইদগী অঙম্বদি
ৱারী লীবা, বিচার তৌবা খোর্জেনি।

গাংতোক
মার্চ ১৮, ২০০৬
ঐপী ঈদা

# কোকথরক্লবা মচু

ঐগী লাইয়েক্তো
ঐগী পুন্সীনা হোনবা শ্বরনি
হাপচীজখি থরদি থনগৎ থনগত্তুনা
ঐগী তুরিনা
মচুশিং অতৈ অতৈদগী
খ্বাইনা লাউ-খোংলকপা মরক্তগী।

তুং হন্দোক্লুনা তোয়না তোয়না
য়েংজখি পুথোকপা য়ারগদ্রা
খ্বাই মীয়াম মমাঙদা;
থৌগৎপিরকখি নুংশিবিবা মরূপ থরনা
পুথোক্লবা লাইয়েকপগী মেলাদা।
পুথোকখিদ্রে,
হায়রকখি ঐগী পুক্নীংগী নাকোঙদা
নাপল চাউবা ঐগী থম্মোয়না,
মতীক লৈবা পোৎকীদি
করিগী উৎলুনি মেলাদা?
খঙলক্কনি তপ্না তপ্না
নঙগী লাইয়েক্লা মতীক লৈরবদি।

উবিখিদে মখোয় কনা অমত্তুনা
পুল্লপ পুল্লপ পুন্না ফল্লিবা মরক্তগী
শিথখিবগুমসু তৌরক্লে মচুশিংসে
য়েংনিংলক্ক্রে ঈশানফাওবা।
পুক্নীং নুংশিরকই থল্লুবদা

কোকথরক্লবা মচু

লাইয়েক্কুগা তোৎনখিবা আশাশিং নীংশীংলুবদা
য়েকখিসিরা ঐবু অমুক নৌনা?
মীয়ামগী পুন্সীগী শ্বর মপী ওইনা?
'করিদবু ফজরিবগে?
য়েক্লুরগনু নশানা পামদ্রবদি
য়েকখ্রেদনা নঙনা পামজবা মহাও অমদি';
ৰাহৈনি অচুম্বা থৌদাগী
ঐগী নুংগী খোঞ্জলদগী।

শিক্লোং
নবেম্বর ১১, ২০০৪

# পম্বররোই অমুক হিথাংফমদা

পূন্সী তুরেলগী
খৃথ্রবা খোঙনুংসিদা
হোঙ্খগে ঐগী হিনাউসে
ঈচেলসিনা পুথহন্দুনা
য়ৌখিনবা ঈপাক্তু তম্না।
তাকপীরক্লগনু অমুক
অশম্বা হিরম অমা
নুংঙাইরবা, অচৌবা ঈচেল ওইরবসু;
পামজদ্রে লৈথোকপা
নুংঙাইনা ফমদুনা
হীরুবাক্তা তরা মথেল চাদুনা।
ওইজরসনু অখৃবা অমম্বা
পীক্লবসু ঈচেলসিনা
ঈপাক্তুদদি তিল্লুগনিদনা;
পুন্সী হায়ববু করিনো?
নত্তবরা অৱাবা খুদোংথীবা থেংনরকপদো?
পামজদরে পম্বরুবা
অচৌ অচৌবা হিথাংফমদা;
হিথাংফম খূদীংদা
উরক্লে হঞ্জিন হঞ্জিন
শূমাঙ লিলাগী নিংথৌ শাবা ঙাক্তা
মুন্না য়েংশিল্লুবদা
মায়খূম উপ্লম্বা ঙাক্তা।
উরুবা খূদীংমক
তাইবঙগী লীচৎসিমক
লাংলিবা শক্তম মানা মানা

ঝারীরকই থম্মোয়সিনা
অমত্তসু পক্তবা
ফাগি মানবা ঙাক্তা;
নোল্লুক ঝাহৈশিং মথোয়গী
য়াম্না ফজে মীমাঙদা
চঙখ্রগনা ফীজঙ মরুমদা
তুমিন তুমিন খৃদুম শীংনবা ঙাক্তা;
খৃদোম্বীগী শৃক্লম্না
অতৈবু নমথনীংবা ঙাক্তা;
হেনমল্লে মিতানবা
মিংচত্তা, লন থুমদা
হেনমল্লে খৌশানবা
মকোক তাঙবনগী অচাওরমদা।

হোঙখ্রগে তপ্পা তপ্পা
ইপাম্বোমগী পাঙ্গলসিনা
লাম্বোক্লীংবা লাল্লুরসনু
পুন্সী তুরেল ঈচেলসিদা
নৃঙ্গায়লক্তরা লৈখোম্লক্তরা;
য়ৌদ্রিঙৈদা ঈপাক্তুদা
কেমখিবা থোক্লবা হকচাঙসিনা
পুথজখিসনু ঈচেলসিনা
ঐগী হিনাউসে
ঐগী হকচাঙসে
পোলোই পম্বুং ঈপাক তম্না।
সহরশিংগী মৈঙাল, অরাঙবা মখোল
খুঙ্গংশিংদা মীয়াম তিল্লম্বা
লাম্বোক্তুনা পুম্নমক
য়ৌরক্কনি অচীকপদা;

## পম্বররোই অমুক হিথাংফমদা

পুক্নীং হকচাঙ, থবায়না পামজবা
শক্নুরগে ইশৈ মফমদূদা;
হিনাউ লৈজদবা কনা
থেংনরবদি ঐগী খোঙচৎসিদা
থামগনি হিনাউসে ঐনা;
হিথাংফম হিদেন্দদি
পম্বররোই ঐ অমুক হন্না।

ইম্ফাল

মার্চ ১৬, ২০০৫

# ঐগী ঈশ্বর

লেল্লুরগা অহীং অমা
চন্দ্রাবলিগী মনাক্তা,
য়াল্লদুনা অমুক
ফীদূপ অমা মঙক্তা
খুরুমজখি মানা
রাধিকাগী মফমদা
লঞ্জরে হায়জখি কৃষ্ণনা
থৱায়গী মবেন্মা মঙোন্দা।
ফম্রবা কংশগী
লানবীখি থৱায়বুসু
য়াৎখি লাল্লোং
মহাভারতকী লাঞ্জাওদসু
চিরবা তাঞ্জা অমদা লাল্লক্কী
উৎখি অশেঙবা মশক তাইবঙগী:
খুরুমজনিংই কৃষ্ণ মহাকপু নোল্লুক্না
ঈরাৎচনীংই ঐগী ঈশ্বরনি হায়না।

অৱাবা নংখি লমচৎ ফজরুবগী
থকসি খাসি ঙাক্লুবগী
সিতাবুসু ৱাহনবীখি
অচুম্বা চৎলুবগী
ৱাশক পরৈ চেৎলুবগী
রামচন্দ্রবু থাঙ্গৎচনীংই
অৱাঙবা ফমবাক্তা
নীংশীংজনবা মাগী ফিদম্বু তত্তনা।
চিবোন চিবোন ঙাঙনবীখিবা কৈরোয় লৈকায়না

পোকখিবা, লুহোংদনা মীরোল্লকখিবী মমানা,
তাজ্জনীংই যীসু মাগী ব্রাসু
মতেক মতেক মানা ঙাঙলম্বদুসু
হায়নখি লাইগী মপোক অমনি তাঙলবা
মীওঈবগী তাইবঙদা মাগীসু।
খৃদুম চন্নীংখিবা ইস্লাম্না মী খৃদীংমক
চিংনখিদবা লান শোক্নবা ধর্মগীদমক
নিজনীংই য়াইফ থৌজাল হজরত মাগী থোঙজীন্দা
তিংথোক্নুনা খৃবাঙ চাংজৌ ঈমাঙদা।

তাঞ্জা লাকপদা
নুংশিরকপা ঈরমদম্বু
তমজনীংই হৈকৎ হৈকৎ
সনামহী, পাখঙববু
ঈরাৎ থৌনিজনীংই
ঈমা পাম্বোইবী মঙোন্দগীসু
কোয়না য়ূম্বোঙ খৃদীং লেঙশীনবী
ঈরৈমা ইমোইনুদগীসু।
হায়জনীংদ্রে অসিমদি
হিন্দুনি ঐদি
মুস্লিম্নি ঐদি
নম্রগা সনামহীনি হায়বদি
হায়জরসনু হাযনীংবা
কৌজরসনু ঐবু ধর্ম লৈতবা
থমজরি ঐ ঈশাগী থাজবা
ওইজরি মী অমদি ধর্ম চেনবা:
পেঞ্জরে য়েংবদা ধর্মগী তৃক্কৎচনবা
ওইহল্লি ধর্মনা মীবু মীগী য়েক্নবা।

নেৎথনীংখি মথক্তা
য়ুরোপ পূম্বগী
নাজি জর্মন শেমগত্তুনা
মীওঈবগী জাতিবু লল্লোনবা হিতলরনা;
খূদুম চনশিন্নীংখি
লমজাউ খোপ্না এসিয়া পূম্ববু
সামুরাই ফম্নাইবশিংনা জাপানগী;
পাঙথোকচরম্বা য়াই মখোয়নদি
ঈশ্বরগীনি, মজাতিগীনি খঞ্জদুনা;
ইস্লামগী পঞ্জাউ থোঙ্গত্তুনা
চাউথোকহনখি ভারতপুসু ঔরঙ্গজেবনা।
ফুমজিনখ্রে মথঙ মথঙ হৌজিক
মখোয় লোইনমক
অপাম মিয়ৌ খূদীংমক
পুৱাবীগী লৈঙোয় মবোল মরোলনা,
কবিবু কান্নে খূৎকন পাঙ্গনবা উৎলুবা?
য়েক্লবা মশীং হেনগৎনবা।

ঈমূং অমদা লৈকায় অমগী
ঈরমদমসিদা ঈমা লৈবাক্কী
পোকচরক্লবনি ঐসু তাংকক অমদা
মী অমনি হায়না তাইবঙসিদা
পেঞ্জবগে ঐদি খঞ্জরগা অসুম্না
ঈমূং অমগী লৈবাক মচানি হায়না;
অথৌবা, লৈঙাকপা, লীচীং পুরেল মখোয়তগীরা
তাইবঙপানসিবু মীচম ঐখোয়গীদি য়াওদ্রবরা?
তমজরক্লবনি ঐসু ঈমূং অমদা
অচূম অরান খরা মতাঙ মতাঙদা
খঙজরক্লবনি চৎনরোল কয়া অমা মীওঈবগী

শান্নরকপদা চেন চোংদুনা য়ুম্লক কৈরক্তা লৈকায়গী
তমজরক্লবনি পুৱারী শীংবূন শীংবূন মালেমগী
তাজরক্লবনি পাউ মপৈ মপৈ ৱাংম-ৱাংমদগী
শেমজদুনা মথেল মথেল ময়ামসিগী
মহাও তংজরক্লবনি মশেক মঙাল শুনা তাইবঙগী।
শাগৎচরবনি ঐগীসু তপ্না তপ্না
ৱাথল ফিরেপকী চীংজাও অমা খিঞ্জদুনা
অচূম অরান খীবীক য়াৎচদুনা
লৈতেংজরবনি চীংমায় চীংচেপ শীনবা থুংনা;
চীংজাওসিদগী খোঞ্জেল অমনা ঐগী নুংদা
ৱায়েল্লিবনি থৌদোক ৱাথোক ঐগী তাইবঙদা।
পুন্সীগী ফৌরোইদা, নোং নুংশিৎলক্তা
থাঙবা ঙম্লক্রুবদা চঙজফম লৈরক্রুবদা
হংজৈ ঐনা তত্তুনা
ঐগী নুংগী খোঞ্জেলসিগা পাওমেন্নজদুনা;
অচূম্বা লম্বী তাকপীরকই মানা
চৎচরি ঐ লম্বীদুদা তৎন-থানদনা;
মানি, ঐগী ঈশ্বর লেঙদবা
ঐনা চীংজাওথকসিদা লাৎচরিবা
হায়বীরক্কনু ঐগী চীংজাওসিবু থুগাইয়ু হায়না
নমশীনবীরক্কনু য়ানিংলোইদবা ঐগী ঈশ্বরসিনা।

শিল্লোং
দিছেম্বর ২২, ২০০৫

# অফবা তংখাই ফত্তবা তংখাই

মহৌশা কৌবী মহাক্না
ঈংথহল্লগে খল্লক্লমাল্লে
শামল্লবা মালেমসে
হৈথরগে থৌরাংলক্লে
লৈচীল মচুম অঈংবা
মালেম লৈমায় মৈশালক্তা।
লৈথোকপগুম তৌরি লৈচীলশিংনা
তন্দে মান্দে মতম য়েথোক্তুনা;
নুংশিৎকী অকনবা চৈরাক
কিরক্লমাল্লে মমৈথঙদা
থেংজিন্নবমখৈ অমগা অমগা
হোৎচীন্নরক্লে মাগী মাগী মথৌদা।
মচীন্দগী অশাওবগী মৈরী কাম্লদুনা
লাউ খোংলক্লি নোংথাং নোংখোংনা
হোইজিল্লক্লি লৈচীল মপৈ মপৈ
মাগী কোলু মনূংদা
শুমদোক্লক্লি শুদেক্তুনা নৈখাইদুনা
হৈথরক্লে লৈচীলগী মচুম লোইবা নাইদনা।

ঐগী পুক্লীং, হকচাঙ থৱায়নসু
খোমজীল্লক্লি ঐগী অচোঈবা ৱাথল
থাজীল্লক্লি পুক্লীংগী কোলুদা লোইনমক
শুমদোক্লক্লে চপথায়দুনা মথঙ মথঙ
থল্লক্লি থম্মোয়গী মকুমশিং খাইদোক খাইদোক্তুনা
অফবনা শোমদা, ফত্তবনা অশোমদা।
ৱাকৎ চাউবা ঐগী থম্মোয়

নংলমদরে অদুক হাক্লা ফত্তবা
য়াওরম্লি ফিয়োম ফিয়োমসু
নুংশিবগী, তৌবিমল খঙবগী।
কদোমদগীনো কাচিন অমদা পৈশিল্লম্লিবা
য়ানদবা, নুংশিনদবা, য়েংথীনবা?
থাঙ্গৈশেংবদি মরূপ ওইজনিংবা ঙাক্তনি
মহৌশা নঙগী নতম্বাক্তা উরিবা মখৈগা
নঙনদি কাপথোক্লকখি নঙগী লীরূংদগী
তেঙ্গৈ মখল কয়া মমীং অমমম থোল্লদুনা
ফত্তবা তাঞ্জা, ফত্তবা মফম, ফত্তবা থৌদোক
ঙম্লকখিদে খন্দবা
ঐগী লাইবক ঐগী য়েক্লবনি
ঐগী পুন্সী ঐগী য়েক্লবনি
মালেমসিসু ঐগী য়েক্লবনি
তাইবঙ পুম্বা ঐগী য়েক্লবনি।

পীজনীংখি ঐনা
মতীক চাবা থুদোল অমমম
ঐগা লোয়নজরকপা থুদীংমক্তা
ঐবু পোকপীরকপা ঈমা ঈপাদা
ঐগী ঈচীল ঈনাওদা, মরূপশিংদা
নুংশিজরবা ঈচা ঈশুংশিংদা
ঈরৈকায় শীংজমৈগী য়ুম্লক কৈরক্তা
ইম্ফাল তুরেলগী তোর্ব্বান্দা
ঐগী স্কুলদা, কোনুং লমপাক্তা
ধনমনজুরী কোল্লেজদা, থাঙমৈবন্দদা
দিব্রুগরদা, দীল্লিদা
তামৈদা, থৌবালদা, সিক্কিমদা
শিল্লোংদা, লম্ফেলপাত্তা

অমত্তসু ঙমখিদে ঐনা
অপীকপা খূদোল মচা অমমন্তসু তমজবা
অসিগুম্বা য়োল্লবা ঐহাক্লা
করিদগীদি ঙল্লুগনি তমজরুবা
খূদোল অমা ঈমা লৈবাক্তা
পূন্নমক্কী ঈমা মালেমদা?

মরম অসিমক্লনি খল্লকখিবা
য়েক্লবনি পূন্নমক ঐগী অকোয়বা;
মানি, ঐসূনি থবায় অমা
মশাগী কান্নবদ য়েংজরবা;
ঙসীদগীদি লৌথোকচরগে ঐগী থবাযদগী
ঐগী শাউগল্লবা থম্মোয়দগী
য়েক্লবা হায়বসিমত্তংদি
শেংদোকচরম্লগে অসিমত্তংদি
লূম্মনখরে পোৎলূমসে
পিরাংনা চোৎলবা থম্মোয়না পূরক্লিবসে।

শিল্লোং
জুলায় ৭, ২০০৬

# থাকল মখাদা

নঙগী নশা পূন্নমক্তগী
খকপা নাইদ্রবা ঈনা
তপ্না তপ্না চেম্মোকখিবগুম ফাওরবসূ
মদুদা নঙনা চিংনদ্রবা.
শারবা ওলাঙথাগী মতমদা
নশা পূম্বা হুমাংনা পূমচোৎ চোৎ
অহীং চুম্পা ফমৃংদা ওন থোইনা
মীৎশেল খাঙদুনা নোংঙানখিবা খঙহৌদ্রবা.
ঈংলবা নিংথমথাদা
উনগী লীক্লা মবক্তো
অপাবা ফিনা হকচাঙদা কৃপ
মদুদা অঈংবা ফাওদ্রবা.
ঈশীংনা পূমচোৎ চোৎলবা নশাদা
শাজৈনা কন্না কন্না ফৃরকপগুম ফাওববা
চৈনাদুবু খাঙগদবনি খন্না খাঙলক্লবা.
নুমিৎনা কোক্তোন হাইগৎলকপদা
থাবলগী অমেঙবা মঙ্গলগুম ফাওরবা.
ঈংথ্রবা ব্লাকচীংগী উলেনলক্তো
নশাদা হুমাংনা ওমচাক্লবা ফাওরবা.
মতাঙ মতাঙদা মিহুন্না
থবাক্তগী চোংথোক্লকদবগুম চোংলক্লবা.
থবাক্লা লূমথরকপা মতমদা
মালেম্না নম্থরকপগুম লূম্লবা.
অশাবা পিরাংনা মতৃম মতৃম

মীৎলূদগী লেম্পা লৈতনা চেম্থবকপা
মদুনা নঙগী নূংঙাইজবা ওইববা,
ব্রাকৎলুবগনু কনাদসু
নঙবু কৃপশীনখ্রবনি
নুংশিবগী থাকলনা নথক্তা।

শিল্লোং
মে ২২, ২০০৬

# খোঙ্গূল

থুগায়রসনু য়ূম কৈ, ফূরা দলান
শোরারেনগী বজ্র চাম চামনা
হুমদেক্লসনু উ পাম্বী, ঈঙ্খাঙ নাপী
শঙ্জীবুগী নোং নুংশিৎ অকনবনা
চাকথেক্লসনু চীং মান, লম্বী থোং
লমজাউ খোনবা লম্মৈগী মৈবীনা
লৈক্রক কযা চৎলসনু
যুহার অচৌবা লাক্তুনা
যূম কয়া ফুমজিল্লসনু
সূনামি কয়াগী লৈঙোয়না
নোংমৈ লীশীং কাপ্লসনু
ঈখেঙনা চাইখাইগে থৌবাংলদুনা
লিন কযা থোক্লকসনু
মরৈনা হূ কাপ্ল কাপ্লদুনা।

কিরুগনু, চৎলু অদুম
নঙনা চৎকদবা লম্বীদা
লোইখিরোই মালেম
থোকখিনি নুমিৎ
চুখিনি নোংজু
মেঙদুনা লৈখিগনি থাবল মঙাল
তগুপ তরেং লংখিগনি থবান্নিচাক
চোংখিগনি ময়োল য়েনীংথানা লাকপদা

চাক চগ্রীং অমনা
চেংকোক অমা মাঙহনবগুম

## খোঙ্গূল

অফবনি খন্নরিবা
মশীং য়াম্বগী থৌরাং
লৈখোম তৈশীনগনি
তীল চঙবা খরনা;
ফত্তবনি খন্নরিবা
মশীং য়ামজদবা মরক্তা
য়াওরমগনি খরদি
অচুম্বা, মিনুংশিনা থল্লবা,
লাক্লি অসূন্না চৎথদুনা
মিহৌরোলদগী হৌনা
মবাল লৈতবগীদি মরাল লৈরোই
অচূম্বগীদি চুমদুনা লৈগনি
ইহৌখিগনি পুৰারী
মখা তানা মথঙ মথঙ
ইবেন্না মসৃ পোখিনি
মমানা খোম্লাং ইনখিনি
লৈহৌখিগনি খোঙ্গূলগী খোঙ্গূল
মালেমথক্তা মীওঈবগী।

**শিল্লোং**
নবেম্বর ২০, ২০০৬

# পাউতাক অমসুং রাজনিতি

হে ধর্ম চেনবা
অফবা পাউতাক পীবা হৈবা,
নঙনা হায়রি,
'নঙগী লৈজবা ময়ামদগী
খজিক্তং পীবদুদি
পীবা কৌদে;
লৈজবা লোইনা পীথোকপা
নশাফাও য়াওনা পীথোকপা
মদুনি অশেঙবা পীথোকপা।'
মসিমসু হয়রি,
'মীনা পীয়ু হয়রকপা ঙাইগনু
হাযরক্লিঁদা পীথোকপা তম্মু;
নঙনা পীবা মতমদা
মীশক যেংলগা পীগনু
ফংবদা হরাওজগদবা মীদা পীয়ু।'

হূরানবনি পোৎ য়াম্না পাম্বা
পৈশাসু তত্তনা হূরানবা
পীথোক্লসিরা ঐগী লৈজবা পূম্বা হূরানবদা
ঈশাফাওবা য়াওনা মঙোন্দা ?
নঙদি খুম্বা য়াম্না হৈবনি
পউখুম অমবুদি হেক্তা পীরক্কনি;
ৱাহৈবু তেলঙ্গা পাইবীগুম শান্নরিবা
অশৈবা শৈরাংবশিংনা কৈদৌরুনি নঙগী ৱাহৈদা?

হে রাজনিতি হৈবা,

তারল্লগনি নঙসু হায়নবা,
‘অফবদি খজিক্তনি
ফওবদি মশীং য়াম্বনি’;
নঙনা ভোৎ কারক্লিবসিদি
কাহল্লিবরা
অফবা অনী অহূমদুনা
নভ্রগা
মশীং যাম্বা ফত্তবনা?
খুল্লক্কনি নঙনবুদি,
‘কবম্বা পাম্বে লৈবি অদুদি
অচুম্বা মীখল থোক্লক্কবা?’

শিল্লোং
জুন ১৩, ২০০৬

# মীয়ামনা পান্নবা মী

থোইদোক্লা লুদে খন্দোকপা
মীয়ামনা পান্নবা মী
হৌজিক্কী মতমদা ঈরমদমদা
লৈবতাই মতূংদা মাগী
খূৎপু অমদি শি-চঙবা কিদবা
নোংমৈ পায়ববু ওইরে
পায়দববু ওইরে
পাঙথোকউ হায়বদা হরাও হরাও ইনবা;
বস খঙদে, ত্রক খঙদে
লোইশঙনি খঙদে, পোৎয়োনশঙনি খঙদে
থুগাইবা, মৈ থাদোকপা;
কৈথেলদা, লৈকায় য়ূম্লক্তা,
কোয়চঙ চঙদুনা, নম নমদুনা
পৈশা লৌথোকপা,
কিহনবা, চৈরাক পীবা, হাত্তোকপা;
য়াওহনবতাই পাউচেদা, মীৎমাঙ পাউদমদা
মাগী, মাগী খূৎপূগী মিং, থবক থৌরাঙশিং।
লৈতে শিনফম অমগী মথৌ
হৈবা তাই, কিদবা তাই মীয়াম মাঙদা ৱা ঙাঙবা
মীবু শীথবা, লৈখা তাহনবা
ঙম্বা তাই লৈবাক্কী থৌওঙ থৌরাঙ শীদোকপা।

মীখলগী মীহূৎ, লৈবাক্কী অঙম্বা, লৈঙাকপা
ওনখরে কচ্চা, তোম্থরবা মীরেম
লাইয়েঙলোয়, লমশেম্বা,
লম্বী থোং লময়াৎপা

ওনখরে লৈবাক্কী তিন শীৎচীন্নফম
ফত্তবা খূদীংমক্কী তাইনফম;
তন্নরক্নে হুমাং থোক্না শেম্লোক তানবা
হুমাং থোক্তবশিংগী লৌরোক শেম্লোক ওইরগা তোকপা।
বোক হিংচাবগী চাকথাক চৎথখিগদৌরি
কনানা তারি কনানা করি হায়রি?
চৈনফম, খৎনফম,
লাউনফম, মীহাৎনফম
ওনখরে ফুঙ্গা ৱারীগী লমদম
হিংচাবশিংনা মী ফার-ফারগা চাথোক্লফম।
মীয়ান্না খন্নরিবা অসিনা চুম্লদবা
চাকথাক মীশী অদুম ওইখিদরা
শিবা তারবসু অঙম্বা শক্লগা শিবনা ফ'দৌরিবরা
হিংচাবা অমা ওইহৌবনা শাফরদরা?

ইম্ফাল
দিছেম্বর ১৭, ২০০৩

# চপ মান্নহন্নীংবা

লৈজবা পৃম্বা মাগী
হোৎনজখি পুথোক্তুনা
মী থৃদীংমক মালেম পৃম্বগী
ৱাখল ফিরেপ লৈননবা চপ মান্ননা
লৈত, লাইর, ঈনাকখুনবা
লৈতেম মান্ননা তেম্ননবা।
পুন্সীগী মমৈদি ওইশিল্লক্লে
মঙজবা মঙদি উঙমদরে
হেন্নদুম হেনগৎলক্লি খেন্নবা
য়ানদবা, য়েংথীনবা, হাৎন শুনবা।

কপ্তুনা হায়জবকই ঈশ্বরদা,
'হে ঈশ্বর, নঙদি অফবগী তৃংনফম্নি
পুন্সীবু লৌজরিবা ঐগী ফিরেপ
হায়বীয়ু কয়ামুক লাল্লবগে
ঐনা হোৎনদুনা লাকচরিবা
মালেম পৃম্বা ফহন্নীংবা
মী থৃদীংমক মালেমগী
ঐনা খ[illegible]গুম খলহঞ্জ[illegible]বা
করিগীনো মান্নহনবা ঙমদ্রিবা
ঐগী ৱাখলবু মালেম্না লৌবীদ্রিবা?'

খোইরুম মোমোন্নরদুনা
পাউখুম্বিরকই ঈশ্বরনা,
'ঐসু ৱারে
মালেমগী মী বৃন্দ বৃন্দ ময়ামসে

মমাগী পীবুক্লুংদা ঐনা শেম্বদা
অমগা অমগা মান্নদনবা শীনবদা
ঐনা খঙজবা মহৈ
লোইনা শীজীন্নবা মখৈ
হোৎনরি মীৎকৃপ অমা কাংদনা
অনৌবা মান্নদবা মশক মচু অমা পুথোক্লবা।
মান্নহন্নীংলি নঙনদি মীওঈবা পৃম্বা
থোন্নীংলিবরা চপ মান্নরা মিংফাওবা?
মী খৃদীংমক্কী শক চু শাবান্না
লোইনা মান্নরবদি রোবোতকুম্না
খঙগনি করম্না
নঙগী নচারা, মীগী মচারা?
য়েংঙু অমুক্ত নচাশিংদা নঙগী,
লৈরবসু মান্নবা খরা
মচীন মনাও ওইবগী,
মখোয়গী মরক্তা
মশক্তা, শাবান্দা,
ৱাখলদা, ৱাঙাঙদা
লৈতরা খেন্নবা খরা খরা?
য়োক্লকখিবনি নঙনদি
মখোয় মরীবু চপ মান্নরা
নুংশিখিবনি মখোয় মরীবু
চপ মান্নরা মপা ওইবগী নুংশিবনা
পীজখিবনি চাক ঈঙ্খাঙ
চপ মান্নরা হাউনবা
মহৈ তম্ফমদা থাবদসু
মীচঙ মীথায় নাইখিদে নঙনা
ঙাঙহন্নীংই, চৎহন্নীংই মখোয়বু নঙনা

চপ মান্নবা লমচৎ ব্যাবহারদা,
য়েংঙু হৌজিক মখোয় চাউরক্লবসিদা
চপ মান্নরিবরা হীরম খৃদীংমক্তা?
মখোয় মরীমকপু তম্বিরকপা
মপা ওইরকপা নঙগা
মখোয়গী মনৃংদগী অমত্তংগা
য়াওরিবরা চপ মান্নবা?
নচা মরীখকসিফাওবা
চপ মান্নহনবা ঙমদ্রবদা
করম্না ঙম্লুগনি নঙনা
মলেম পৃম্বগী বৃন্দ বৃন্দ কয়াবু
লোইনা চপ মান্নহনবা ?
শীনখ্রবনি ঐনা মান্নদনবা
মী খৃদীংমক্কী তোংঙান তোংঙানবা
মশা মশাগী মতীক অমমম লৈননবা:
মান্নদবা ময়াম্না
মাঙদা মান্নবা অমা পুরকপা ঙম্বা
মদৃনি মীওঈবা খুন্নাইগী ফজবা।

শিল্লোং
ওক্তোবর ৯. ২০০৬

# চিবোন চিবোন

তারিঙৈদা গীতারগী নুংশিরবা সুর অমা
তৎখি তারা অনী অহূম,
ফিমু শেৎপা ৱাহৈশিংদুনা
ঐগী নাকোঙ য়ৌরকপদা।
চিবোন চিবোন্নি,
হৈনা কাপলকপা তেঙ্গৈনি
য়ৌরকই শোয়বা লৈতনা
মখোয়না পালহন্নীংবা শন্ধান্দা।
ওইরক্লিবসে চীরোন্নি
নারোন্দা পাওমেন্নবা ঙাক্তনি;
হায়খ্রবদি লোইরে
মখা তাবা য়াবা নত্তে:
শাওবীং শাওবীং লাউই
কযা হৈনদবা হায়'দুনি।
মহৌশাগী
ফোংনা ফোংনা নোকপা
পঙনূংদা নুংঙাইবা
য়াবা নত্তরে
চূমথাঙ মখোঙ তানবগীনি হায়।
অৱাঙবা মিংথোলগী
মীকোক থীবদদি
য়াওবীরক্তে ঐগী মিং
য়ুখল মরুম যমরাজগী
অনৌবা মখলগী মীখলসিদদি
হেক হেক য়াওরক্লি ঐগী মিং
করি খলনবু ওল্লিবা?
লাইবক ফরিবা হায়বদুরা
ফত্তবা হায়বদুরা?
হৈনবা হায়বদুদি নত্তরে।

**ইম্ফাল**
ফেব্রুবারী ১৪, ২০০৩
**ঐগী ঈদা**

# থম্মোয়গী ৱাদি থম্মোয়গী ৱানি

থম্মোয়গী ৱাদি
থম্মোয়গী ৱানি
তাজনীংবা ঈশৈ
থম্মোয়গী ঈশৈনি
তাজনীংবা শৈরাং
থম্মোয়গী শৈরাংনি
থম্নখ্রমাল্লে কাচিন্দা লোৎশীন লোৎশীনদুনা
থম্মোয়গী ৱাদি থাম্মোয়গী অথূম্পাদা;
চাইখাইরক্লে পূমচাই চাইনা
লৈকায় য়ূম্লোন
লৈরক কোনশাঙ
থম্মোয়দগী থোক্লকপা নত্তবা
ৱাহৈ, ঈশৈ, শৈরাং ঙাক্তা।
নাথৈনরকপা থম্মোয় থম্মোয়দগী লাপ্না লাপ্না
শোঞবা মঙায়রে থম্মোয় শোক্লা
থম্মোয় পান্নদ্রবরা মীশিংসিবু চিংনরদুনা।

ইম্ফাল
মার্চ ১৫, ২০০৪

# লম্বী চিথেক্তা গণতন্ত্র

য়ৌদোহ, বরা বাজার, মতফ্রান
শিল্লোং খুন্নাইগী চপচাবা মশক্কী তৃংনফম
লম্বী অহূম মরীগী চীল্লোরুফম
খৃৎলক হাঙদনা চিল্লবা চিথেক
তেক্সি, ওতোরিক্সো, স্কৃতব, মোতোর বাইক
খোঙনা চৎপা মীয়াম চবুন
কীদ্রীক কীদ্রীক ঈন্নবা মরক
চা থকফম তরা কুনমুক্কী মফম।

ফুৎ মঙা পাকপা তরেৎ শাংবা শুরুং মচা
চা কপ অমদা লৃপা অনী
পরাথা তংখাইদা লৃপা অহূম
চহী তরারোমগী লেক্লা চুশিল্লবা
ফৃরীৎ, জীন, জেক্কেৎ, তপমোহখ্নিয়েহ (১)
চীনবান, য়ারী, লৈ, য়ানূংদনা
অঙাঙবা মকৃপ, মরক্তুদা অশঙবা মরীক
কাই(২), তিমপৌ(৩), শায়গায়বগী মকৃপ
চূরূপ, বিড়ি নম্রগা ৱাগী পাইপ
শুরুং মনৃং মৈথূনা পৃম্মম।

চৎথোক্লগা খোঙকাপ মঙারোমদং
লৈরি ৱাইকিকি রেস্তুরোন্ত
পাখঙ লৈশাবীশিংগী খুন্দিন্নফম
জীন, স্লেকস, স্কার্তস,
ত্রাউজর্স, জেক্কেত, স্পোর্তসশর্তস,
মরক মরক্তা জাইনসেম (৪), জাইনকির্শা (৫)
লৃপা অহূমগী হোত দোগ, মোমো

লৃপা মঙাগী চাউ চাউ, জাদোহ(৬)
কুপোন্না মখাগী কাউন্তরদগী ককপা
চা, জিংবাম(৭) ঙাইবনা মথক্তা মিনিত তরা
কন্নাদা করি পীগনি ব্রেইতরনা লোইনা খঙবা, অঙকপা
ক্বাইগী মনম, মৈখৃগী মনম
ব্রাৎপা লৈতে মফমসিদসু।

মায়য়োক্লবদা ঈছীগী কাউন্তর স্তোল
এক্সপ্রেস্সো চা কোফী ফংনফম
চা কপ অমদা লৃপা মঙা
কোফী কপ অমদা লৃপা তরেৎ
জিংবান্না পেত্তি, পেস্ত্রিজ,
কেক মকক, বিস্কিৎস, বেকরী স্বীতস
প্লেত মচা অমদা লৃপা তকাক্তগী কুন
অকেবী ওফিস কাবীশিংগী চঙনফম
লিপস্তিক, আইব্রো, রাওজগী চাংয়েংনফম
জাইনসেমগী মচু-মরাঙ উৎনফম
ওফিস কৃম্লকপীশিংগী ঙাইহাক হাইজিন্নফম
যৃমদা পূনবা বিস্কিৎ, ব্রেদ লাক্লফম
চা কোফী ফংদ্রে, মৈ লাক্রে,
এক্সপ্রেস্সোগী মেছীন য়াদ্রে
অসুম্না মরক মরক্তা থোক্তবা নত্তে।

থরা অমুক হাইদোক্লগা খা নোংচুপ্লোমদা
মতফ্রান ময়ায়গী রোতরী ময়া
বিহারী-মারবারীগী চা থকফম
বিহারী, পাঞ্জাবী, বেঙ্গলী,
অসামীজ, নেপালী, গোর্খালী
হার্দব্রেযরগী, ইলেক্ট্রিক দূকানগী

ক্বা য়োনবা, তির তিক্কেৎ ককপা
দুকান্দারশিংগী, কূলীশিংগী
চা কপ অমদা লূপা মরী
পুরি পূখম অমদা লূপা তরা।

ব্রাকৎনদে কনামত্ত
চঙনৈ মানা মানা পাম্বা খঞ্জরগা
হায়রদে লূপ অমত্তনা
লান্দারদে মহৈরোয় খূৎপু অমত্তনা
চাগী পৈশা খেন্ন-খেন্ননা য়োনবগী
জাদোহগী মমল খেন্ন-খেন্ননা পীজবগী
চঙলক্তে নোংমৈ পায়বা অমত্তসু
হায়রদে পৈশা পীয়ু, নম্রবদি থিংজিল্লু
থিংলদে জীন, স্লেকস, স্কার্তস, পেন্তস শেৎকনু
থৌদারদে জইনসেম জাইনকির্শাতমক শেৎলু
মূল্লদে অসূন্না কনামত্তনা
ফজবা মচেক অমা নম্রিবরা
গণতন্ত্রগী মশক্কী
লম্বীগী নাকল অমদা
কাচিন চিথেক অমদা ?
লৈরে গণতন্ত্রদি মফম অসিদা।

**শিলোং**

সেপ্তেম্বর ২০, ২০০৬

---

শৈরেং অসিদা শীজীন্নরিবা খাসি লোনগী ৱাহৈ থরাঃ

তপমোহথ্লিয়েহ (১) - খাসিশিংনা মশাদা য়েৎশীন্দুনা ইনবা ফি, ক্বাই (২)-ক্বা, তিমপৌ (৩)-ক্বা মনা, জানইনসেম (৪)-খাসি নূপীশিংনা চৎথোকপদা শেৎপা ফিজেৎ, জাইনকির্শা (৫) - খাসি নূপীশিংনা য়ূমদা লৈবা মতমদা ইনবা ফি, জাদোহ (৬)- খাসিশিংনা শাগী ঈ নম্রগা মহীগা থোংবা চাক, জিংবাম (৭)-অচা-পোৎ

# পৈশিনবিরম্লবা কোকফায়

'থায়দৎলু থাঙনা
মনূং য়ৌনা, য়েংনিংবা য়েংনিংদবা
হাইদোকউ কাচিন কোয়া ফাক্লনা
মচা খায়না, উনিংবা উনিংদবা'
পীথোকখি ঐনা ঐগী অয়াবা
মালেমদা,
তাইবঙদা,
নূমিৎ থাদা
থব্রানমীচাকশিংদা
ঐগী পুন্সীগী থৌদোকশিংদা।

লেনথৎখি অথৌবা থাঙনা
ঐগী থম্মোয়গী মমায়রোমদা
থিন্দৎখি মচীন তুম্বা খূৎলায়না
ঐগী থম্মোয়গী মনীংলোমদা
কনা কনানো থরনা
মীবু চাংয়েং তৌজনীংবা মখোয়না;
য়েংবদি য়েংখ্রে
করি য়েংনিংবা য়েংখিবনো
তাকপীরমদে অমত্ত।

থল্লক্রে হৌজিক
পাঙথোকচাম্মল্লে ঐহাক
হেনমল্লে থৌরা শাদবা
য়েংনিংলক্রে ঈশানা

কোয়ফাক ফাক্তুনা
করিবু লৈরিবা
য়েংবা য়াবা
মকা ফোংজদ্রবা
ঐগী থম্মোয়নুংসিদা।

নুংশিরকই নঙবু, হে থম্মোয়,
থম্বিরম্লে নঙবু ঈহাঙ হাংদোক্তুনা
কোল্হীং কারম্লে
থাঙয়াগী থাঙয়া ময়াম মরক্তা
কোকফায় মকোল শারম্লে
থাঙনা লেল্লম্বগী মমিদা,
চাথৎলম্লে মচেৎ মচেৎ
মহূৎ মহূৎ মফম মফম
নঙগী কাচিন কোয়াদা।

হোৎনজরক্লি হৌজিক্তে
ফোৎচীন্নবা, মেনশিন্নবা
শেগায়বিরম্লবা থম্মোয়সে
ঐগী অনৌবা থৌনাগী য়েক্তুম্না
লেংল লেংলদুনা
অখাঙ কনবগী লংলানা।

খল্লকই অমুক
নিলাম ওইনা লাউথোক্লসিরা
নম্রগা পাউচেদা ওইনা হাপ্তোক্লসিরা
তাদুনা লৈরম্লে থম্মোয় অমা
য়াগনি লৌবীরবা
নম্রগা থিঙরক্কে থোঙজীন তান্না

পৈশিনবিরম্নবা কোকফায়

লৈরবদি পাম্বিবা ?

অদুবু
কনানবু পাম্বিগনি?
কান্নদ্রবা থম্মোয়সে
কোকফায়না থল্লবা;
কিজরক্লে
চাইখাইরক্কদৌরিবরা
কোকফায় মহীকশিংসে
তাশীন্দুনা লৈরিবা ?

হে থম্মোয়
ফাজীল্লু কোকফায়দো
নঙতগী ওইনা
হেন্দোকহল্লক্লগনু মনূংদগী
মপুন্সী লোইদ্রি'ফাওবা মথোয়গী
তুম্না মাঙহন্দ্রিফাওবা নঙগী ঈনা

ইম্ফল
দিছেম্বর ২২, ২০০৬

# মৃৎপা নাইদ্রবা পোৎয়োন পোৎলৈ

নত্তে, দীল্লিগী চান্দনী চোকুম্বা
কীদৃক কীদৃক ঈন্নবা কৈথেল,
কা মনূংগী কৈথেলনি
নারোন্দা হাবা তীকপগী মফম।

মার্বল নম্রগা তাইলসনা
লৈমায়দা থাবা,
কা ময়াযগী তেবল
মতাইগী সোফা
অকে অমৌনি, অৱাঙবা থাক্কী,
ঈনাক খুনগৎলবোই নীংহনবা ফম্লুবদা।

চৎপা তাই অয়োনবা মানা
লৈগদৌরিবা মাগী মনাক্তা
ঈতোঙদ - তোংজৈ
পোৎ লৈরিবা মাদি
ফংই শেজাত্ত অমসু চোম্লপ চোম্লপ
থীনদে কৃপ্পা শেল মশীং,
অয়োনবনা অরৈবা ওইরিবরা?
অরৈবনা অয়োনবা ওইরিবরা?
খরদি চঙই শিংজু;
লোইনা লৈরে য়ানবদা॥

মশা মশাবু য়োনবদা শীৎননবা
পরেং লেংলি মী মরোল মরোল
দুকান্দা য়ান-য়ান্দুনা লৈবগুম
ফি, ফূরীৎ, খোঙগ্রাও, ফনেক, সারিগুম
লৈনৈ য়োন্নৈ য়াম্না চীং লেম্না।

## মৃৎপা নাইদ্রবা লোৎয়োন পোৎলৈ

পুথোকচবনি শেঙ্গাওদো মশা মশানা
লল্লোনপোৎ ওইরিবা মী মরোল মরোলদুনা
চিংনদে শেঙ্গাও তিংবদা
হরাওবগী হরাওবা ঙাক্তনি
শীৎপগী পাউবু তারবদা;
ফংই শেঙ্গাওদো অরৈবা মীদুনা
অয়োন পোৎসু ফংবা, শেল অচৌবসু ফংবা
করি অমুক লৈরি অতোম্পা
'সিমুক নুংঙাইবা পোৎ লৈবা?
খরা মহেল্লি মণিপুর ঈরমদমদনা
মালেমগী অতৈ মফমদগী
থব্রায় য়াওশীনবা অসিগুম্বা কৈথেলদা
লল্লোন-ঈতীকসিদা মী য়োনবা-লৈবগী।
অদুননি নোংমৈ থুংলখিবা
ওইরম্বদি য়াই
মতৌ তম্লকপা য়ুমথঙনবদগী।

ব্রানরে হৌজিক
ওক্লরে শওম
কৈ কিদুনা চেল্লক্লগা:
মী লৈবা য়োনবগী লল্লোন ঈতীক থিংবরা
নম্রগা নোংমৈ গুলী মাঙহনখিবরা
করম্বনো হান্না পায়খৎকদবা?
য়েনবীগা য়েরুমগা
কনানা হল্লি হংবগুম্বনি।

ইম্ফাল
জানুবারী ১, ২০০৭

# ওয়-তৈনরবা স্বিতচ

নঙগী নুমিদাংনা
ওনখরে নুংগী যুগকী অহীং;
মদুসু
ব্রাকচীং উলেনগী নোংঙাল্লমদাইগী
চেক-মোক লাউদবা অমম্বা অহীং;
নঙ করিসু শাউদে।

নঙগী লমজাও য়াংবীনা
ওনখরে শন গাড়ীগী লম্বী;
অদুগৈগী
লান মমাঙগী
কৃক্রুক - কদ্রাক্কী লম্বী;
নঙ করিসু শাউদে।

নঙগী কোঞ্জীল
থক্লবা ঈশীংগী
কংখরে, পক্তরে ঈরীক অমত্তসু
হোলহল্লি পৃথ্রী' ঈশীং অথাম্পদগী
ঈমুংগী ঈমা, ঈচেবু
পীক্লিবী ঈচন নৃপীবুসু
অদু ফাওবদা নঙ শাউদে করিমত্তসু।

শাউগন্দবা নঙনি মহৌশানা;
অদুগা
করম্বা মচিংগী অশাওবননো?
হেক্তা ঙল্লি হাত্তোকপা
থব্বায় অমবু ঈরায় লায়না।

অসুক পান্নিবনা করিগীনো
চৈরাক পীনবা মীওঈবা মশেল ?
অথীংবা হায়বা ৱাহৈসিবু
অসুক পামজরিবনা করিগী?

হায়নখ্রবা নত্তরা?
পান্নদ্রে মালেম্না
নিংথৌগী লৈঙাক,
শূক্লমগী ৱাখল্লোন,
অথীংবা থম্বা,
চৈরাক হালেঙদবা,
পুন্সি ৱাখৈহনবনা চৈবাক ওইহনবা।
অদুগা
হৌজিক্লা করিগী?
অসুক য়ান্না থোক্লক্লিবা
নিংথৌগী নিংথৌ ঙাক্তা
চাম চনীগী খূজীংদা?
অথীংবা থম্লে লাউনরক্লিবা
চৈরাক পীগনি, পূংজাও থীন্নরক্লিবা?

হোই হোইদুনা
খূত্তা শাজৈ পায়দুনা
নরৈচাশিংবু
শনগী শঙ্গু শঙ্গুগুম শেন্নদুনা
করিগীনো অদুক পুনিংলিবনা?

ঙম্বরা নঙ
চপ মান্নবা নয়াম্বগা?
ঙমগদরা নঙ
নচাবু শেম্বা

নঙগা চপ মান্ননা?
ঙল্লক্ত্রি থৱায় অমত্তনা
মীপূম খূদীংবু চপ মান্নহনবা
মাগী ৱাখলগা নঙগী ৱাখলগা।
চপ মান্ননা খলহনবা ?

নঙগী থোপ্তা তিংলিবা
শীংলীগী মরী মরাঙ
য়েৎশীন্নখ্রমাল্লে
ওন্ন তৈননা;
থূংবীরল্লবা নঙগী শরুক ওইনা
অশাওবগী স্বিতচ
পানশিনবীরল্লমাল্লে
মফম চাদনা।

ইম্ফাল
দিছেম্বর ২৬, ২০০৬

# কোক মনৃংগী অথোৎপা

ৱর্ল্দ ত্রেদ ছেন্তরবূ থুগাইখিবদা
খঙনখিদরা মনিপুরগী ৱাংমগী মীশিংনসু?
লৈখিদ্রবা থৱায়শিংদুগী মরক্তা
য়াওখি মরায়বক থীরবা মনিপুরী মচা অমসু।
চিকাগোদরা, লোস এঞ্জেলিসতরা
বঙ্কোক্তরা, সিঙ্গাপুরদরা
চেন্নাইদরা, বেঙ্গলোরদরা
লৈরমগনি শোযদনা মনিপুরী ঈবৈচা খরা
ওইবমগনি লোযশঙগী শক্লায়ববা
হায়বমগনি মখোয মনিপুরীনি
খঙলমগনি নক্লবশিংনসু মখোয মনিপুরীনি।
অদুগা
করিগীনো অশুক কিনবিবা
মাঙখিদৌবে ঐথোযগী শক্তম লাউনবিবা
শক্তম কনবা, শক্তম কনবা শোন্নবিবা?

ত্রিপুরাগী নিংথৌ অমনা
হেন্না ঙাওমনখিবদগী ববিন্দ্রনাথ ঠাকুরদা
মৃৎলুদৌবে
মখোয়গী নাৎ, মমা মরোল
হিঙ্গৎলক্লে হৌজিক তপ্লা তপ্লা
শকখঙনরক্লে মখোয়গী কৌব্রোক লৌখাও জগোয়

গ্রেত ব্রিতেইনগী ৱেলস্তগী লাকপা
ৱিন্দ মিল অমদা থবক শূরম্বা
খৃস্তিয়ানিতিবূ শন্দোকপদা ঙাওজবা
তোমাস জোন্স কৌবা নূপা অমনা

থুংলখি খাসি জয়ন্তিয়া মীয়াম্লক্তা
তম্বীখি মানা ইবা পাবা
লৈজরমদবা মশাগী ময়েক
করিনো খঙলমদবা অঙবা লাইরিক
থোক্লক্লে হৌজিক অফাও অফাওবা কবি
খাসি জয়ন্তিয়া মরোলদা শৈরেং ইবা
ফুঙ্গা ৱারীদগী মীহৌরোলগী ৱারী লীবা;
লাউনরুরে মরক অমা
মাঙখি'দৌরে খাসি জয়ন্তিয়াগী শক্তম
মাঙবদি মাঙদ্রি করিমত্ত
সেং খাসিনা চৈতাক্লি
নোংক্রেম জগোয়না ফিজেৎনি
কমলা হেকপগী জগোয়না চাকচানি
'রি খাসি রি খাসি
ঙা ইয়ৈত এহ য়া ফা'
ঈশৈ অসিনা উরোংনি।

মায় পাক্ত্রবদা ইম্ফাল ভেল্লীদা
চঙশীনখি পেত্তিগ্রনা উখুলদা
কৃপশীনখি কোকথক্তা তাংখুল ঈচীল ঈনাওশিংগী
ফিরাংজি মপাক্লা অনৌবা ধর্ম্মগী
অদুবু
মাঙহনবদি ঙমদরি মীহৌরোলগী নাৎ
নীংশীংহল্লি হৌখ্রববু লুই ঙাইনি কৃম্মৈনা;
লৈরি গান ঙাই, কৃৎকী কৃম্মৈসু
চৈরাওবসু, নীংঙোল চাক্লৌবসু
কদায়দনো চেনখিদৌরিবা ঐখোয়গী শক্তম্না?

অদুবু
ওইবা য়ারোই

জগোয়তনদি, ঈশৈতনদি,
স্পোর্তসতনদি, মনা ফংবগী নূংঙাইবতনদি
ওইথোক্লোই নোংমৈতনসু, নম্ফৃতনসু
ইবা তাই লাইরিক
থমহৌবতাই অচুম্বা, অঈবা খোঙ্গূল
য়াওবতাই
ঈচঙ থৌবা লান্মী ওইনা
কমপ্যুতরগী, দি এন এ তেক্নোলোজীগী,
নেনো তেক্নোলোজীগী লানফমদা
মীৎ-না শিংবা তাই
অহাঙববু থূদুম চন্নবা চেন্নরকপদা,
য়াওবতাই লমজেন্দা
হোৎনবা তাই থংননবসু মাঙজীন্দা।

চহী তরাগী মমাঙ
ওইরমই ঈমাচৌবী ভারত
লাঈর' মকোক
মালেমগী লাঈরবা লৈবাকশিংগী মনূংদা,
ফম্লক্লে হৌজিক
লৈবাকশিংগী মমাঙ ফিদাদা;
থবক কনবা ঈরৈচাশিংনা
করিগী ঙম্লোই ফমহবা
ঈমা মণিপূরবু মমাঙ থানা?

মদুগীদমক্তা
লৈবা তাই মরাঙ কায়বা ইলেক্ত্রিছিতী
লম্বী-থোং, ঈ-পাউ মরী অফবা
থক্লবা ঈশীং মহীক য়াওদবা;
মদূ পূন্নমক

কোক মনূংগী অথোংপা

ঙল্লোই পুথোল্লকপা নোংমৈ মরূনা
লেমজানা ফংবা পৈশাদা ঙাওবনা
চীরোলগী অচাওরমদা মিত্তাবনা
ঙমগদবদি অমখকক্তননি
কোক মনূংদা য়াওরিবা অথোংপদূতননি
মসিবু কমদৌনা, মফম চানা, মতম চানা শীজীন্নবদূখক্তনি।

ইম্ফাল

দিছেম্বর ২৮, ২০০৬

# অথৌবা

ঐ খঙই
হায়রক্কনি নঙনা শোয়দনা,
'কৌবিরক্কনু ঐবু
খোয়থূম্নরবা কোকিল খোন্নৌবা
নম্রগা য়েন্নীং পাম্বাগী খোয়নীং
নম্রগা মেরা থাগী নোংইন
নম্রগা লাঙতক্লবী পি থাদোই
নম্রগা ঈখৌ লাংগনবা নোঙ্গৌবী;
নঙদি ক্বাকপু ঙম্বা চরোয়নি
অমম্বদা উবা মকুনি
অদুবু
কৌজনীংদে ঐনা
অসিগুম্বা উচেক্কী মিংথোল অমা নঙঙোন্দা।

নোংদম্বা মহাক্লা নঙঙোন্দা
থুংবীরম্লে হকচাঙগী অশোনবা খরা
অদুবু পামজদে নঙনা
নঙগী য়াব্বাদা শোঞ্জনবা;
ঙমখি উবা
নঙগী থৌরবা পূক্নীংগী মীৎনা
উচেক লাম্মৈদোংগী মতৌগুম্না
অনকপদগী অথাম্পা
অকুম্পদগী অপৌবা
পুন্সিনা লোৎলিবা
স্বর, মিহুন, খোঞ্জেল
শামিন, ঈশৈ, চৈনাখোন

কোয়থী থিরি নঙনা
য়ুখলগী য়ুখল হাইদোক হাইদোক্তুনা
পুথোক্লকখি অমমম
মীয়াম্না নাথৈরবা অচুম্বা কয়া
অপাময়ায় অমগা লোয়ননা
শেপ্তবা ৱাখলগী তেৈঞ্জে কাপ্লদুনা।

নোংমা নঙনা
থেংনখি তাদুনা লৈরম্বা
নৌরিবী লৈরাং অমা নোইথৎপিরবী
কংলা থাঙ্গবাৎকী লৈরাঈদা,
পিরাং শিন্থখি নঙঙোন্দা তাক্লমদনা
নঙগী কল্লবা, থম্মোয়গী মীৎলুনা;
অমুক পীরকই মশেক অমা
য়ুংখত্তুনা সনাগী কৈরাক অমা
লাম্থোক্তুনা অতিয়া পাকখন
করি লৈরি কোয়য়েঙ য়েংনবা
নবুক্কীংগী মীৎসু, পেন্ননবা
নরূপ নপীজানসু উজ্জনবা।
নুংশিজ্জৈ নঙনা
নঙগী কুইনা লোয়নজরক্লবশিং
নঙগী কোৎ, নঙগী ছাইকল
থেংনরকপা নশূং নমান্নবশিং
অদুগা
মূৎনায়দ্রবা লৈ অঙৌবদুসু
মালেম তাইবঙনদি থৌশাবীদ্রবা
চেৎনা ননাক্তা নঙনদি থল্লিবা।

কৌরকখি নঙনা ঐখোয়বু

'লাউ, নখোয় ময়াম লাউ
ৱারী শীংবূন পুথোক্লসি লাউ
পুন্সি মপূং শক্তাক্লসি লাউ।'
মীকী-লাইকিদবা নঙগী মনূংদা
লৈরম্লি লৈশীন্দুনা
নুংশিরবা লৈনম অমা থোৎনা, মেঙনা
কৎচনীংবগী, থৌগল লাংবগী, ঈকাঈখুম্নবা উৎপগী
ঙান্দুনত লৈরগদবা থৱায়শিংদা;
য়ৌরকখি লৈনমদুনা
থম্মোয় কয়াগী নাতোনশিংদা
চেনশীন্নরক্লি মায়কৈ মায়কৈদগী
লৈনমদুগী হৌরকফমদা
নঙগী কবি কীর্ত্তন্দা
ধূপ মনম্লক্তা;
মপূং ফারে হৌজিক্তি
পেন্নজরে লৈহৌরিবা থম্মোয়শিংনা
পীবীরম্লে আশীর্ব্বাদ চৎখ্রবা থৱায়শিংনা।

পীফম থোকই নঙবু
মিংথোল অমা ঐখোয়না
ঙমজদরে ফংবদি
ময়োল চোংগন্দবা ৱাখল চারাসিনা নরূপ ঐগী
থিরুবদা লৈকোল খূদীং চঙদুনা
লৈশক অমত্ত মতীক চাবা
নঙগী মিংগীদমক।
চিরবা লূরবা তানফমদা
মরৈবাক্কীদমক শিবা কিদবা
ঈমা লৈবাকপু থৱায়নি খঞ্জবা
কৌনৈ মখোয়শিংদুবু অথৌবা।

সাহিত্যবু খুৎলায় ওইনা পায়রদুনা
খুন্নাইগী নুং পান অনীমক্তা
চেল্লিবা ঈচৈলগী ঈথৈ-ঈরম্বু
য়াৎলিবা, শেংদোক্লিবা লান্মী অমনি নঙদি;
অদুনা
কৌরগে নঙবু
'মণিপুরী সাহিত্য লৈকোলগী অথৌবা'
লৎনদনা লৌবীয়ুকো হে মরূপ
চম্লবা খুদোলসে
তমজরিবা নঙগীদমক।

**ইম্ফাল**
**দিছেম্বর ২৭, ২০০৬**

---

* খ্বাই তরাগীদি ওজা, ঐ ঈশাগীদি নুংশিজরবা মরূপ, নোংথোম্বম শ্রীবীরেন্দা কৎথোকচবা ঐগী শৈরেং

# ঐগী নুংশিজরবী ইম্ফাল লৈময়োল

হরাও তুজুংজখি ঐগী থম্মোয়না
ঈনাকোঙদা য়েরকপদা ৱাহৈশিংদুনা
লাউথোকখিবা মখৌ পোঙনা
মণিপুরগী লীয়ুতনেন্ত গভর্নর অমনা
চহীচা কুনগী মমৈৱাইদা
কংলা পার্ক শঙ্গাবগী থৌরমদা
'কুইররোই, ওইরক্লগনি ইম্ফাল লৈময়োল
নোংপোক চিদাইদা দীল্লিগুম্বা ময়োল'।
চহী কুম্ভ্রারোমগী মতুংসিদা
উরক্লি লমজাও নাকল নাকলদা
অমুবা থাউরেক্লা চুরবা য়ুম্তেক-শঙতেক
পৈশিন পৈশিন্দুনা কাচিন থুদীং
গাড়ী ইঞ্জিন শেম্বগী মচেৎ-মকায়;
ঈরৈচাশিংনি হৈথোই-শিংথোইজবা
পাংখৎ-শীদোক, শেমদোক শেমজীন
পোক্লকপদা পীবুকুংদগী য়াত্তরক্লবা।
লৈচল থেৎলি পরেং পরেংগী মরক্তা
উপু দুকানশিং উচেৎ-ৱাচেৎকী;
কা, চুরূপ, বিড়ি, পোৎলমশিং ঈমুংগী
তঙায় ফদবনি, লৈতবা য়াদে মীয়ামগীনি।
লৈকায় লৈকায়গী মনুং মনুংদনা
চাইথাইরক্লি মরক মরক খল্লদুনা
শাবা লোইশিন্দ্রিবা চেক্কী য়ুমশিংনা
য়োৎচৈ য়োৎচৈ থিনগৎনদুনা
ৱাংখৎলকখি'দৌরিবনি তাক্লদুনা;
চাইশিল্লক্লি মরোল মরোল অমোৎপগী

নোংখাঙনা, মিরাংনা, কোকফায়না
ফক্লাঙশিংদা, লৈতেংমচু তৈশীনবিদ্রবা;
লৈতেংমচু য়োনবা দূকানশিং
খ্বাইরম্বন্দগী, নাগমপালগী; খোয়াথোংগী,
শীৎপূ শীৎলিদরা মখোয়গী লল্লোল-পোৎ
মচুগী থৌশাবীদ্রবা ঐগী ইম্ফাল লৈময়োলদা?
লৈখোম পাম্থানি, নোংজূথা
উফূলগী পাউজেলনি, নিংথমথা
য়ুল্লক-কৈরক, লৈরক-খূল্লক, লম্বী মথক
খুন্দিন্নরকই পৃথ্রী মচা ময়াম্না
ওক্লদুনা নোংজু পাম্থাবু তরাম্না;
শান্নজরকই নূঙ্গায়-চাইখায়না ওন থোইনা
উফূল্লক্কী নিংথমথাগা হরাও হৈনজনা।
লৈখোম মরক, নূংজ্রেঙ মরক,
উফূল মরক, মীয়াম মরক
নোমহৌ লেপ্ত্রি রিকশা-থরোই-মবুক
লীৎশীন লীৎশীন অমনবা জীপ তেক্সি মরক
য়েৎলোম ওয়রোম, মনীং মমাঙ
চৎফম লৈত থৈদোক থৈজীন।
নাকল নাকলগী ঈরম মরীল
ফূঞ্জিল্লক্লি কুম্বী-কালেন
চেরঙনা, চেথী-চেরাঙনা, নমথী হাঙোইনা।
সনা কৈথেল খ্বাইরমবন্দ
লম্ফেল, লম্লোঙ কৈথেল,
শীংজমৈ, কোংবা কৈথেল
ব্রাংথৈ, লমশাং, ক্বাকৈথেল
কোয়শীল্লক্লি পাৎ মচা মচানা
চাক্তাররদুনা ফত্ত'হৌদীনা, হুন্দোকখাক্লা

পৎথ পুমথরক্লবা ঈনশাঙ-নাপীগা লোয়ননা।
হৌমীন্নরকখিবী শামান লেংমান্নবীশিং
গুৱাহাতি, শিল্লোং মমান্নবীশিং
ওইখরে মচা মরোয়শিংগী চাউথোক্লফম
ওইহৌরে ঐগী ইম্ফাল লৈময়োল নুংশিবী
ফদী ফরানা লৈতেং ওইনফম।
লৌরক্লে শক্তম
কৈথেল মচা অমগী,
খরা থাপ্পা লৈবা
রেইলৱে জঙ্কশন অমদগী
সহর মরক খুঙ্গং মরক ওইবা।
পীদৎ পাদৎলম্বা য়ূম্লোন্নরিবা
কোহিমা, দিমাপুর, আইজলনা
নোক্লরক্লে ঐগী ইম্ফালদা;
ফন-ফা, ফন-ফা চোংখরে মখোয়
লূক ইস্ত পোলিছীবু ওক্লনবা;
শ্বর মহোন, মিছন খোঙজেল
ঈহোঙ হোংদ্রি ঐগী ইম্ফাল লৈময়োল।

অদু ওইরবসু ইম্ফালনি ঐগী
অদুম নুংশিরি নুংশিজরবী লৈময়োল ইম্ফাল ঐগী
ফীজোল হোংলকই নুমিদাংৱাইরম
ফুৱাউনবা ঊফুল-নোংফাই-লৈরীক্কী
তন্দে মান্দে চূরূপ চিংলম্বী
মপোৎ লোইশিল্লকই ঈমা ফি য়োনবী;
কৈথেল লূকমায় ঈমা খূদীংগী
কৈথেল মচাশিং, লম্বী নাকল নাকলগী
মুশি মুশি তণ্ডপ তরেংলকই
মৈখু কাবা মৈরীশিংনা পোদোনশিংদগী;

পাউনা বাজার, থঙ্গাল বাজার
বি তি রোদ, খোয়া থোং বাজার
কীদৃক কীদৃক ঈন্নরম্বা মীয়াম্না
ঈতাক তাক্লরকই খৃৎলৈ থুনা
ঐগী লৈময়োলগী মফম খৃদীংমক
কৃপশীল্লকই ফিমুগী ফিমুনা
চঙনরি নংহৌররোঈদবগুম খ্বাই মঙা তরাদি
মমায় মমীত্তি ওকপীগুম্না
ফুরূপকী য়েংথীনবা অনৈবা ঈচেল
নাকন নাকন্দা থৈদোক্লবগী নাতৈ ওইনা
অমম্বা দুকান মনুং মৈঙাল মচাশিং তম্না
ওক্লল্লি থোঙজীন থোঙজীন্দা
মখোল হৌবা কাংচেক হিংচাবশিংনা
দীজল, পেত্রোল, কেরোসীন, পেন্না থকচীল্লদুনা
ঐবু থকহল্লু মৈঙাল পাল্লবদি হায়না ঙংলদুনা।
অথীংবা কয়া লাউথোক্লরক্লবসু
অকনবা মীৎয়েঙনা কোয়শীল্লক্লবসু
অমম্বগী ফিজঙ মরুমদা
লোৎলি খরা অমনা চাইথোক চাইথোক্লা
মোমবর্ত্তিগী মৈঙাল মচানা লৈতেংলদুনা
মমি শামিগী কানুং মচাশিং
হাইজিন্নরি ঈরৈচা খ্বাই খরদি
ঙাইহাক কোইরুপ কোইরুপ য়েংলম্লগা
ঙসী নোংমগী খৌরাংবা কোক্লবা
মাগী মাগী খৌগংগল্লবা খৌনাউশিং;
চিথেক চিদাই খরদনা
চৃংশীন্নরি মৃরূম মৃরূম
কারবারগী কারবার ঙাক্তনি

হকচাঙগী কারবারস্ কারবারনি;
নোংমৈ পায়বা মান্নফি শেৎপা খরস্
গেরিল্লা লানগী লুমহাৎ-লুমথেক্কী শেম শাবগুম
চঙশীন্নখি অমম্বগী কুয়োন্নক্তা
অনী-অহুম, মরী-মঙা খাইদোক্লদুনা
তালহৌনবা নোংমগী শেন্দান মাগী মাগী।
শঙলেন, শাইজিন, দুকান য়েন্নখা
ঈরম নালা খোংবান লুক্লাঙ
চাইখাইরস্ পাউচেগী পাউচেনা
নোংমত কাংদ্রি খুন্দিন্নফম খরদদি
খন্ন-নৈনবা অখঙ-অহৈশিংগী
লুরবা ৱাফমশিং লৈবাক্কী
লালহৌবগী, নুংদাং মৈ ফংদবগী,
কিহন-নমহৎ-নম্ফু চাবশিংগী
ঙমদে নোংমতস্ ৱারেপ লৌবদি
লৈতে নুমিৎ খুদীং তোকপদি।
শিনফমগী লাক্তবা য়াদবা খরনা
শাউরংননা ৱাকৎনরি হোতেল শঙলোয়শিংদা
অশাবা ঈশীং ফংদে ঈকৗজফমদা,
নো পাৱর, নো হোত ৱাতর
চীম্ফা পাউখুম্নি মখোয়গী;
মুরূম মুরূম শোলহৌই ঙাইহাক লৈরগা
ঈশীং খরা ফংলিবদুফাওবা
ফমল্লবনি নরায়বক।
অসি পুন্নমক ওইদুনস্
ঐদি নুংশিজরি ঐগী ইম্ফাল লৈময়োল।

কাইথোক্তুনা নোংমা ফাদোক পুংখায়মুক্তং

লৈময়োলসিদগী হাইদোকখিবদা খজিক্তং
লৈরমগনি ঐগী লেঙদ্রবা মরূপশিং
চীঙয়া তময়া, চীংখোঙ খুঙ্গঙ
শুমহৎলগে হায়দুনা অয়েঙবা কনাবু
মোং হাদনা লেপ্লিবা চীংশাঙ পরেং
য়েংলদুনা থৌদোক ৱাথোক
পাক্ল পাক্লবা লৌবূক লমহাঙ
হোং হোংলদুনা ফীজোল কুমথা কুমথাগী
ঙাইরদুনা কনাগুম্বগী ৱাহঙ-পাউহং।

তৌবতবু থেংনবা য়াই খঙহৌদনা
লম্বী লমখাঙ নাতৈ চাদবা মফমদা
নোংমৈ পায়বা ফিজম শেৎপা
নত্রগা মান্নফি শেৎপা খূৎপূ
গাড়ী মুনবা, শেল মুনবা, লল থুম মুনবা
নত্রগা শিংলী শোকপা ৱাহঙ পাউহংবা
নুংশিজবদি হন্দ্রি, ফজবসু হন্দ্রি
ঐগী ঈরমদম ঈমা মনিপুর।

হায়হৌরি চীংশিংদুনা, লৌবূকশিংদুনা
'ঈমা লাঈরবীবু পেলহনবা ঙমদবগী
নিংদোল পোল্লিবদো নখোয়না
চাক্লিবা ৱামৈদো নথম্মোয়দা
মূৎপা নাইররোই তুংকোইনা
চেলহৌদ্রবদি কাচিন চঙশীন থুংনা
ইম্ফাল লৈময়োল মরক খুঙ্গং মরক
ফীরাল পুদুনা লূক ইস্ত পোলিছীগী;
লাক্লরোই তাঞ্জা অমুক হন্না

লমজেল য়াঙনা চেলহৌদ্রবদি মাঙ থানা।'
লেপত্রি ঐহাক্কী থাজবা
ঈরৈচাশিংনি শূবা নোম্বা কঞ্জবা;
থেঙখাঙ কয়া পুন্সিনা শীংনরকপা
মায়রোঙ য়াবা ঙম্বীনি ঈরায় লায়না ঈমা ঈবেলশিং
নোংঙাল্লমদাই মল্লিঙৈদগী
কৈথেল ফম্বা ঙম্বীনি পোদোন মৈরালক্তা,
চেল্লক্কনি শোয়দনা মাঙ থানা
লূক ইস্ত পোলিছীগী লমজেলদা
হোংলগনি শোয়দনা অনৌবা লৈতেং ফীজোল
কূইনা ৱাজরক্লবী ঈমাগী,
লংলক্লগনি মশেক মঙাল
ঐগী নুংশিজরবী ইম্ফাল লৈময়োল।

ইম্ফাল
দিছেম্বর ২৫, ২০০৬

---

* ইংরাজীদা ইজখিবা ঐগী শৈরেং 'মাই ছিতী' হায়বা অদুদগী ৱাহৈগী শেমদোক শেমজীন থরা তৌজরগা ঈমারোন্দা অমূক ইথোকচবা

# পোলোইদা শুরুং অমা

চৎলক্লে য়াম্না শাংনা
থুংলুরগদবনি লম্ফাঙ অমমুক নাইদনা
পোলোইদা শুরুং অমগী মচীন্দা শোয়দনা
মসিমক্কি কুইনদগী খল্লকপসু ঐনা।
অমম্বনি লম্বীসে চৎনরিবা
লৈরমগনি অরোঈবদা মঙাল অমা
ৱাহে খরসি শোল্ল শোল্লদুনা
চঙশীন্নরি মীওঈবা খৃদীংমক্না;
উদুনত লৈরি ঐনদি
পূম্মম মম্বা শুরুং অমা
থাজদে মঙাল অমা
শুরুং অসিগী মনৃংদা;
মচীন্দুফাওবদি
শোয়দনা লৈরম্ফম থোকই
মহৌশাগী পুন্সী মঙাল।

হেক চঙখিবদগীদি শুরুংসিদা
অমম্বগী মরক্তুদা
ওইরুগদৌরিবনি পূন্নমক অরেম্বদা
মান্নরুরগনি লোইনমক ঈমান্ত
ফজবা অথীবা
লাঈরবা ঈনাক খুনবা।

থুংজরুরো নঙনা নীংজবা পূম্বা
য়ৌজরুরো নঙনা হেক য়ৌনিংবা
পুন্সীজরো চহী কোতি কয়ানো নঙনা পাম্বা

ফংজরদুনা বর অমা অসিগুম্বা
কোয়পায় পাইখৎলরবসু,
অহাঙবগী অয়ৌবী মতোন য়ৌরুরবসু
থোংনরোই পংখৈ অমা কনানা
অহাঙবগী অহাঙবা নত্তনা;
চঙখ্রবা মতৃংদা শুরুং অসিগী মনৃংসিদসু
লৈরমগদৌরিবরা অহাঙবগী অহাঙবা ঙাক্তা?

উজ্জরকই ঐনা ইতোমত
লেপ্তুনা লৈবা শুরুং মচীনসিদা
লম্বীসিগী অরোঈবদা
চীংদৃম অমগী মথক্তা
তুং হন্না তাম্না য়েংলদুনা;
উবগুম তৌরক্লি ঐগী পোক্লফম ঈরৈকায়
লোয়নজরকপা চীং মান, পাৎ তুরেল
শিম্বরক্লি মীত্তা অশাবা পিরাং
নুংশিরক্লি য়ুম, ঈমা ঈপা, নুপী অঙাঙ, মরূপ মপাঙ
নুংশিনখিবা, তিন্নখিবা,
শাউনখিবা, তৃক্কৎচনখিবা
য়াওখ্রবসু খাঙবা ঙমদবা লৈমিন্নরিঙৈদা
নুশিরক্লি হৌজিক্তদা, অমুক উররোই থল্লুবদা।

চঙখিবা তাবনি নোংমদি শুরুং মনৃংসিদা
লৈতরে অকীবদি ঐঙোন্দা
পামজরক্লি অমুক অমুক্তি
ঐনা নীংজবা অমদি;
মতমদু য়ৌরক্লবদা
তাউনিংলক্লি থম্মোয়সিনা ঈথক ইপোমদুদা
মহৌশাগী ঐগী মঙলা তাইবঙলা থঙ্গদবদুদা

## পোলোইদা শুরুং অমা

হেক হেক শুমহৎখিবদো ঐবু
ঙাইহাক ঙাইহাক ঙাওহনখিবদো ঐবু।
তারকখিবদো ঐগী নুংগী নকোঙনা
মঙওই হাওই তত্তনা
অতিয়াদগীরা, মালেমদগীরা,
তাইবঙদগীরা, অহাঙবদগীরা
খোল্লাং অমগা তত্তনা লোয়নখিবা
অহাঙবদা হেক হেক তিনখিবা
নুংশিবনা থল্লবা ঈশৈদো
শৈরাং ময়েকসু নাইদবদো
ঐগী থৱায়সিবু কৌথোকপদো
ঐবু পূদনা হেক হেক চৎপদো,
থৱায়সিনা হেক্তমক পাইথোকখিবদো
অতিয়াদা মাগা ঙাইহাক পাইমিন্নবগুম তৌবদো
ঐবু পূন্নমক কাউথোকহনবদো
শান্নমিন্নবল্লগা অসুন্না মীৎকৃপ অমা অনী
অকোযবা অহাঙবদা মানা তিনখিবা
অদুগা অমুক মানা মাঙখিবা।
হয়েং ঐনা শুরুংগী খোঙচৎ হৌবদা
লাকউকো নঙ ঈনাক্তা
চৎমীন্নসিকো ঙাইহাক্তং
অহানবগী খোঙকাপ খরদুতং।

ইম্ফাল
জানুবারী ৫, ২০০৪



 ঐগী ঈদা



*ঐগী ঈদা* যোদ্ধ ছী সনসমগী শৈবেং লাইবিক্তা অতুম শুবা খুদোলনি। হন্দক্কী লাইবিক অসিদা যাওবিবা শৈবেং কযামুক্তি কবি সন্মেলনশিংদা পাথোকখ্রে অদুগা পোক্লফম চেফোংগী সাহিত্য লামাযদা ফোংখ্রে।

মহাক্কী অকোনবগী অনীশুবা শৈবেং লাইবিক *লৈচীল নোংফাইবু* মশক তাকপদা ডাঃ লনচেনবা মীতৈনা যোদ্ধ ছী সনসমবু 'হকচীন্না ফিবেপ অমগা লোযননা চঙশীল্লক্লিবা কবি অমনি' হাযনা শকখঙখি। অহানবা শৈবেং লাইবিক *কোযমাঙ মাঙবা খোঞ্জেল ইহুলবু* শক্তাকপদা ডাঃ সবতচন্দ্র লোংজোম্বনা যোদ্ধ ছী সনসম্বু ডাঃ [illegible] কমলগী মহুৎ শিনগদৌবিবা কবিনি হাযনা থাগৎপিবকখি। ৱাফম অসিমক ইমাখোল পরি[illegible] [illegible] সিংহ ইবেংবনসু মতাঙ অমদা পনবিখ্রে। মহাক্কী খ্বাইদগী অহানবা ফোঙখিবা ৱাবী মচা [illegible]নবা লাইবিক *থাবলগী কুন্দো পবেং* শক্তাকপদা থোকচোম ওজা যোগেন্দ্র[illegible] (১৯৮০), [illegible]বদা ৱাবী মবীক চুন্না লীবা হৈবগী [illegible] যা[illegible] [illegible] উবা ভম্বা, ম্নেংবা হৈবা অমস যাদবি হায় [illegible] লোংজম [illegible]না 'পান্দম অমগা লোযনন [illegible] শক্তাকপিখি।

ডাঃ যোদ্ধ ছী সনসম হৌজিক হৌজিক শিল্লে [illegible] শিল্লোংগী চেম্বর [illegible]দা অনা-লাইযেঙগী থৌনফমদা [illegible] হান্নন বীজা[illegible] ইনস্তিত্যুত ওফ মেদিকেল সাইন্সেস (রিমস), ইম্ফাল অমসুং সিক্কিম মনিপাল ইনস্তিত্যুত ওফ মেদিকেল সাইন্সেস (স্মিমস), গাংতোক্তা [illegible] এনৎ তিঃ গী প্রোফেসর অমসুং হেদ ওফ দিপার্তমেন্ত ওইবমহ।

ডাঃ সনসম্না শরুক যাজবম্ম হৌজিকস যাবিবা [illegible] থবা অমসুং মাগী [illegible]শিংদি, এদিতর, হকচাঙগী [illegible] অই এম এ এদিতর জর্নেল ওফ মেদিকেল সোসাইতী (রিমস); এদিতর [illegible] চিফ ফিলুপী ওইবগ (মণিপবগী অহানবা ফিলুপী চেফোং[illegible]); রেফরী ওফ এদিতোরেল বোর্দ, জর্নেল ওফ ইন্দিযান মেদিকেল এসোছিযেশন ([illegible]); প্রসিদেন্ত, এসোছিযেশন ওফ ওতোলেরিঙ্গোলোজিস্তস ওফ ইন্দিয় নোর্থ ইস্তর্ন ব্রাঞ্চ, ইস্তর্নজোন (বেঙ্গল, বিহার, নোর্থ ইস্ত অমস ওদিশা) প্রসিদেন্ত ইন্দিযান মেদিকেল এসোছিযেশন, মনিপুর, চেযরমেন মেদিকেল সেছ হতি মেম্বর ওফ একাদেমিক কাউন্ছিল মনিপুর যুনিভর্সিতী প্রসিদেন্ত, রোতরী ক্লব ওফ ইম্ফাল এসিস্তেন্ত গভর্নর রোতরী ইন্তর্নেশনেল ৩২৪০, ত্রেজরর, ইন্দিয়ান রেদ ক্রোস সোছাইতি মণিপুর লাবিবছিস্ত ওল ইন্দিয়া রেদিও, এদভাইজর, ডাঃ যামিনি আশ্রম নর্সেস নেটৱর্ক এদভাইজর অমসুং পেত্রোন মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ মেম্বর[illegible] অসিনচিংবনি। মহাক্লা ফংজখির এৱার্দ অমসুং ফেল্লোশিপশিংদা বীজযশ্রী এৱার্দ, [illegible] বোতরী ইন্তর্নেশনল বোতরী দিস্ত্রিক্ত ৩২৪০ ফাউন্দেশন অমসুং যুনাইতেদ [illegible] এসোছিযেশন চেন্নাইগী ফেল্লোশিপশিং মেন ওফ এচীভমেন্ত এৱাদ ইন্তর্নেশনল [illegible] হাউস মুম্বাই ইন্তর্নেশনাল লীদরশিপ এৱার্দ মিল্লেনিযম এচীভর এৱার্দ পনবা যাই। শ্রী চিন্তামণি পানিগ্রহি গভর্নর ওফ মণিপুর চেযরমেন ইন্দিযান নেশনেল পোলিও প্লস কমি[illegible], এসোছিযেশন ওফ ওতোলেরিঙ্গোলোজিস্তস ওফ ইন্দিয় প্রসিদেন্ত রোতরী ইন্তর্নেশনেল[illegible] শকখঙ চিঠি অমসং ছাইতেশনস কযা ফংখি। ইন্দে আমেরিকান ও ইজ হু [illegible] ইজ হু এসিযা রেফরেন্স ইন্তরনেশনেল দাইরেক্তরী ওফ লীদরশিপ[illegible] ডাঃ [illegible] সনসমগী বাইওদাতা যাওবি।